৩৬। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ফংখিদে মফম অদুদা (করিগুম্বা য়ুম অমতা) মুসলিমগী য়ুম অমা নত্তনা ;

فَمَا وَجَدْنَا فِيهَا غَيْرَ بَيْتٍ مِّنَ الْمُسْلِمِينَ ۝٣٦

৩৭। অমসুং ঐখোইনা (লোংথোকপিখি শহর অদু অমসুং) থম্বিরমখি খুদম অমা মদুদা অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইনা কিজবা অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

وَتَرَكْنَا فِيهَا آيَةً لِّلَّذِينَ يَخَافُونَ الْعَذَابَ الْأَلِيمَ ۝٣٧

৩৮। অদুগা মুসা (গী রারীদ)সু (লৈ খুদম অমা) ঐখোইনা থাবিখিবদা মহাকপু ফিরঔন্দা তশেং-তশেংবা শক্তিগা লোয়ননা।

وَفِي مُوسَىٰ إِذْ أَرْسَلْنَاهُ إِلَىٰ فِرْعَوْنَ بِسُلْطَانٍ مُّبِينٍ ۝٣٨

৪০। তৌইগুম্বসুং মহাকনা মমায় ওন্থোকখি (মুসাদগী) মহাক্কী পাঙ্গল (অমসুং তৌবা ভস্বা মতিক)না মরম্নদুনা অমসুং হায়খি ঃ "(মী অসি) জাদুগরনি নত্রগা অঙাওবনি।"

فَتَوَلَّىٰ بِرُكْنِهِ وَقَالَ سَاحِرٌ أَوْ مَجْنُونٌ ۝٣٩

৪১। মরমদুনা ঐখোইনা ফাখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোলশিংবু অমসুং হুন্থবিখি মখোইবু সমুদ্রদা, অমসুং মহাক বদনাম তৌনঙাইহনি।

فَأَخَذْنَاهُ وَجُنُودَهُ فَنَبَذْنَاهُمْ فِي الْيَمِّ وَهُوَ مُلِيمٌ ۝٤٠

৪২। অদুগা আদশিং (গী রারীদ) সু (লৈ খুদম অমা) ঐখোইনা থাখিবদা মখোইগী মথক্তা মাঙ-তাকহন্নঙাই ওইবা নুংশিৎ অমা

وَفِي عَادٍ إِذْ أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمُ الرِّيحَ الْعَقِيمَ ۝٤١

৪৩। মদুনা খাকপা লৈখিদে করিগুম্বা পোৎ অমতা মানা লাকখিবদা, তৌইগুম্বসুং মদুনা ওইহনবিখি পোৎ খুদিংমকপু পন্থ-পুমথরবা শরুগুম।

مَا تَذَرُ مِن شَيْءٍ أَتَتْ عَلَيْهِ إِلَّا جَعَلَتْهُ كَالرَّمِيمِ ۝٤٢

৪৪। অদুগা সমূদ (কাঙলুপকী রারীদ)সু (লৈ খুদম অমা) মখোইদা অসি হায়খিবদা ঃ "নখোই (পেন্না) নুংঙাইজহৌ মতম খরদংগী থোক্লবা।"

وَفِي ثَمُودَ إِذْ قِيلَ لَهُمْ تَمَتَّعُوا حَتَّىٰ حِينٍ ۝٤٣

৪৫। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (য়েক্লবা মপা চাদনা) লাক্ল-ফানা য়াখিদে মখোইগী মপুগী য়াথংগী মায়োক্তা। মরমদুনা নাকোং য়ৈশিনহনবা মখোল অমনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু, মখোইনা (মফম-মরাং খঙদনা) অসুম য়েংলিঙৈদা।

فَعَتَوْا عَنْ أَمْرِ رَبِّهِمْ فَأَخَذَتْهُمُ الصَّاعِقَةُ وَهُمْ يَنظُرُونَ ۝٤٤

৪৬। মরমদুনা মখোই ঙম্মখিদ্রে (অমুকহন্না) হৌগৎলকপা নত্ত্রগা মখোইনা ঙাকচবা মখোই মশামকপু,

فَمَا اسْتَطَاعُوا مِن قِيَامٍ وَمَا كَانُوا مُنتَصِرِينَ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা (ঐখোইনা মাঙহনবিখি) নুহগী মীশিংবুসু মমাংঙৈদা। তশেংবমক মখোই ওইখি হায়বা ইন্দবা মীশিং।

وَقَوْمَ نُوحٍ مِّن قَبْلُ ۖ إِنَّهُمْ كَانُوا قَوْمًا فَاسِقِينَ ﴿٤٧﴾

৩ শুবা রুকূ

৪৮। অদুগা ঐখোইনা শেম-শাখি স্বর্গবু ঐখোইগী (শক্তি অমসুং পাঙ্গল)গী ইখুৎশিংনা, অমসুং, তশেংবমক, ঐখোইগী শক্তি য়াম্না লৈখ্রে।

وَالسَّمَاءَ بَنَيْنَاهَا بِأَيْدٍ وَإِنَّا لَمُوسِعُونَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা ঐখোইনা শন্দোকপিখি পৃথিবীবু (পাক্লা চাওনা)। কয়াদা নিংথীজনা ঐখোইনা শেম-শাখ্রবা মসিবু!

وَالْأَرْضَ فَرَشْنَاهَا فَنِعْمَ الْمَاهِدُونَ ﴿٤٩﴾

৫০। অদুগা পোৎ পুম্নমক্কী ঐখোইনা শেম্মিখি জোরাশিং, অদুনা নখোইনা মুন্না রাখল তৌজনবা (অল্লাহগী অঙকপা খুৎশেমদা)।

وَمِن كُلِّ شَيْءٍ خَلَقْنَا زَوْجَيْنِ لَعَلَّكُمْ تَذَكَّرُونَ ﴿٥٠﴾

৫১। মরমদুনা চেনশল্লু অল্লাহদা। তশেংবমক, ঐসে ইচম-চম্বা চেকশন-রা-হায়বা মীনি নখোইদা মহাক্কী মায়কৈদগী;

فَفِرُّوا إِلَى اللَّهِ ۖ إِنِّي لَكُم مِّنْهُ نَذِيرٌ مُّبِينٌ ﴿٥١﴾

৫২। অমসুং পুথোক্কনু চীঙু লাই কনামতা লোয়নননা (মতিক পুম্নমক লৈবা) অল্লাহগা। তশেংবমক, ঐসে ইচম-চম্বা চেকশন-রা-হায়বা মীনি নখোইদা মহাক্কী মায়কৈদগী।

وَلَا تَجْعَلُوا مَعَ اللَّهِ إِلَٰهًا آخَرَ ۖ إِنِّي لَكُم مِّنْهُ نَذِيرٌ مُّبِينٌ ﴿٥٢﴾

৫৩। অসুম্না ধর্ম্ম পাওতাকপা মী অমতা লাকখিদে মখোইগী মমাংগী মীরোনশিংদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়খিঃ "(মী অসি) জাদুগরনি নত্ত্রগা অঙাওবা মীনি।"

كَذَٰلِكَ مَا أَتَى الَّذِينَ مِن قَبْلِهِم مِّن رَّسُولٍ إِلَّا قَالُوا سَاحِرٌ أَوْ مَجْنُونٌ ﴿٥٣﴾

৫৪। মখোইনা উইল তৌরমখ্রব্রা (অসিগুম্বা রাঙাঙাসে—ধারা) অমনা অমদা? নত্তে, মখোইসে লাক্ল-ফানা য়াদবা মীশিংনি.

أَتَوَاصَوْا بِهِ ۚ بَلْ هُمْ قَوْمٌ طَاغُونَ ﴿٥٤﴾

৫৫। মরমদুনা নমায় ওন্থোকও মখোইদগী: মরমদি নং বদনাম ফংনিঙঙাই নত্তে (মখোইনা তৌবগী)।

فَتَوَلَّ عَنْهُمْ فَمَا أَنتَ بِمَلُومٍ ﴿٥٥﴾

৫৬। অদুম ওইনমক (সেবা ফরবদি মিত্তং থাজিনবগুম্বনি, মরমদুনা) নীংশিঙউ, (নপুকনিং লাইরেকফদে, অতনবা নাইফদে); করিনা হায়ববু নীংশিঙবনা কান্নবা ওইহল্লি (মপুকচেন তিংনা অচুম্বা) থাজবশিংদা।

وَّذَكِّرْ فَاِنَّ الذِّكْرٰى تَنْفَعُ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٥٥﴾

৫৭। অদুগা ঐনা শেম-শাখিদে জিনশিং অমসুং মীশিংবু নত্তনা মখোইনা থৌগানজনবা ঐবু (খাজং য়ৌনা হৈরবগা)।

وَمَا خَلَقْتُ الْجِنَّ وَالْاِنْسَ اِلَّا لِيَعْبُدُوْنِ ﴿٥٦﴾

৫৮। ঐনা তান্দে চিঞ্জাক মখোইদগী, নত্তুগা ঐনা হায়দে মখোইনা পিজগদবনি ঐবু।

مَآ اُرِيْدُ مِنْهُمْ مِّنْ رِّزْقٍ وَّمَآ اُرِيْدُ اَنْ يُّطْعِمُوْنِ ﴿٥٧﴾

৫৯। তশেংবমক, অল্লাহদি চিঞ্জাক হুনবিহৈবনি, শক্তি চেনবনি (অমসুং) অকনবনি।

اِنَّ اللّٰهَ هُوَ الرَّزَّاقُ ذُو الْقُوَّةِ الْمَتِيْنُ ﴿٥٨﴾

৬০। তশেংবমক, অরানবা লম্বীনবশিংগী লাইবক খেল্লাই মান্নগনি মখোইগী (থাইনগী) মরূপশিংগী লাইবক খোল্লাইগা; মরমদুনা মখোই হায়জদসনু ঐঙোন্দা (রায়েল-চৈরাক) থুনা থারক্নবগী।

فَاِنَّ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا ذَنُوْبًا مِّثْلَ ذَنُوْبِ اَصْحٰبِهِمْ فَلَا يَسْتَعْجِلُوْنِ ﴿٥٩﴾

৬১। মরমদুনা, অরাবনিদা! লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদু, মরমদি মখোইগী (লাইবক থীবা) নুমিৎ মখোইদা রাশকপিখিবদু (লাক্কদবা নকশল্লকলে)।

فَوَيْلٌ لِّلَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ يَّوْمِهِمُ الَّذِيْ يُوْعَدُوْنَ ﴿٦٠﴾




অল- তূর সূরহ ৫২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি চীংজাওগী,

وَالطُّوْرِ ②

৩। অমসুং অইবা কিতাবকী,

وَكِتٰبٍ مَّسْطُوْرٍ ③

৪। তিংথোকলবা চেগোন্দা,

فِيْ رَقٍّ مَّنْشُوْرٍ ④

৫। অমসুং তোয়না চৎপা য়ুমজাওগী,

وَالْبَيْتِ الْمَعْمُوْرِ ⑤

৬। অমসুং ৱাংহনবিখ্রবা য়ুমথক্কী,

وَالسَّقْفِ الْمَرْفُوْعِ ⑥

৭। অমসুং শ্বাই-শ্বাই পাখৎলবা সমুদ্রগী,

وَالْبَحْرِ الْمَسْجُوْرِ ⑦

৮। তশেংবমক লাক্কনি নংগী মপুগী ৱায়েল-চৈরাক,

اِنَّ عَذَابَ رَبِّكَ لَوَاقِعٌ ⑧

৯। কনা অমতা লৈতে থিংবা ঙম্বা মদু,

مَّا لَهٗ مِنْ دَافِعٍ ⑨

১০। নুমিৎ অদুদা স্বর্গনা অকিবগী মশক ওইনা সোর মপী হোনগনি,

يَّوْمَ تَمُوْرُ السَّمَآءُ مَوْرًا ⑩

১১। অমসুং চীংজাওশিং অকিবগী খুনীক নীক্কনি।

وَّتَسِيْرُ الْجِبَالُ سَيْرًا ⑪

১২। মরমদুনা অৱাবনিদা! নুমিৎ অদুদা অচুম্বা য়াদবা মখোইদু,

فَوَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ⑫

১৩। মখোই নুংঙাইথোকলম্মী ৱারেম থৌরেমদা।

الَّذِيْنَ هُمْ فِيْ خَوْضٍ يَّلْعَبُوْنَ ⑬

১৪। নুমিৎ অদুদা মখোইবু ইনশিনবিগনি নরক্কী মৈনুংদা অকনবা খুৎইম্না।

يَوْمَ يُدَعُّوْنَ اِلٰى نَارِ جَهَنَّمَ دَعًّا ⑭

১৫। (অসি হায়বিগনি মখোইদাঃ) "মসি থাম্বি মৈনি নখোইনা মীনম্বনি খল্লম্বদু।

هٰذِهِ النَّارُ الَّتِيْ كُنْتُمْ بِهَا تُكَذِّبُوْنَ ⑮

১৬। "মসি মিত্তুং ওইব্রা, নত্রগা নখোই উদব্রা ?

اَفَسِحْرٌ هٰذَآ اَمْ اَنْتُمْ لَا تُبْصِرُوْنَ ⑯

১৭। "(হৌজিক) চাকলো নখোই মদুগী মনুংদা, নখোইনা (মৈচাক) খাংলবসু নত্রগা খাংদ্রবসু,

اِصْلَوْهَا فَاصْبِرُوْٓا اَوْ لَا تَصْبِرُوْا سَوَآءٌ عَلَيْكُمْ

إِنَّمَا تُجْزَوْنَ مَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ١٧

অদুগী অদুমঙাই নখোইগীদমক। নখোইবু লমল
খুমলিবনি নখোইনা তৌখিবগী মতুংইন্না।"

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي جَنَّاتٍ وَنَعِيمٍ ١٨

১৮। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনশিংদি লৈগনি স্বর্গ
লৈকোনশিংদা অমসুং নুংঙাইবা শরুক্কদুনা,

فَاكِهِينَ بِمَا آتَاهُمْ رَبُّهُمْ وَوَقَاهُمْ رَبُّهُمْ
عَذَابَ الْجَحِيمِ ١٩

১৯। হরাওদুনা মখোইগী মপুনা পীনবিবা অদুদা
মখোইবু অমসুং মখোইগী মপুনা ঙাকপিবা অদুদা
মখোইবু খাম্বি মৈত্রেং তরাবগী চৈরাক্তগী।

كُلُوا وَاشْرَبُوا هَنِيئًا بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ٢٠

২০। (অসিসু হায়বিগনি মখোইদাঃ) "চাও
অমসুং থকও পেন্না নখোইগী তৌত্ত মতিকমলগী,

مُتَّكِئِينَ عَلَىٰ سُرُرٍ مَّصْفُوفَةٍ وَزَوَّجْنَاهُم بِحُورٍ
عِينٍ ٢١

২১। "হিপথদুনা পরেং নাইনা লৈবা গদ্দীশিংগী
মথক্তা;" অমসুং ঐখোইনা তালোইনহনবিগনি
মখোইবু (ধর্ম্ম কায়দবী শামান লেংমান্নবী)
শকহেনবীশিং মমিৎশিং তরাও-তরাওবী
(থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইরবী) গা।

وَالَّذِينَ آمَنُوا وَاتَّبَعَتْهُمْ ذُرِّيَّتُهُم بِإِيمَانٍ
أَلْحَقْنَا بِهِمْ ذُرِّيَّتَهُمْ وَمَا أَلَتْنَاهُم مِّنْ عَمَلِهِم
مِّن شَيْءٍ ۚ كُلُّ امْرِئٍ بِمَا كَسَبَ رَهِينٌ ٢٢

২২। অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং
মখোইগী মচা-মশুশিং মতুং ইনবা মখোইগী ধর্ম্ম
থাজবদা—ঐখোইনা তিন্নহনবিগনি মখোইবু
মখোইগী মচা-মশুশিংগা (স্বর্গ লৈকোন্দা) অমসুং
ঐখোইনা হংথহনবিরোয় করিমতা (মখোইগী
ফংফম থোকপা মনা-মথিন্দগী) মখোইগী
থবকসিগী। মী খুদিংমক বন্ধকনি মানা-মানা
কমায়খিবা (থবকশিং)গী।

وَأَمْدَدْنَاهُم بِفَاكِهَةٍ وَلَحْمٍ مِّمَّا يَشْتَهُونَ ٢٣

২৩। অদুগা ঐখোইনা পীবিগনি মখোইবু
মরাংকায়না উহৈশিং অমসুং শা মখোইনা
পাম্ব-পাম্বদু।

يَتَنَازَعُونَ فِيهَا كَأْسًا لَّا لَغْوٌ فِيهَا وَلَا تَأْثِيمٌ ٢٤

২৪। মখোই অমগা অমগা লান্নগনি (অহাউবা
মহী হাপ্পা) তেঙ্গোং অমা মদু (থকপ)দা রারেম
ঙাঙনীংলোই নত্তগা পাপ তৌনীংলোই।

وَيَطُوفُ عَلَيْهِمْ غِلْمَانٌ لَّهُمْ كَأَنَّهُمْ لُؤْلُؤٌ
مَّكْنُونٌ ٢٥

২৫। অদুগা মফমদুদা ঙাইদুনা লৈগনি থৌগল
চঙনবগী মখোইবু মখোইগী নৌ-ভরানশিং,
মখোইদু (নীক-নীক লাউনা ফজবনি, কুয়োমদা)
লোৎশন্দুনা লৈবা মুক্তাগুম্বনি।

২৬। অদুগা মখোই অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা রা হংনথিনগনি।
وَاَقْبَلَ بَعْضُهُمْ عَلٰى بَعْضٍ يَّتَسَآءَلُوْنَ ۝٢٦

২৭। মখোইনা হায়গনিঃ "অসিগী মমাংদা, ঐখোইনা লৈরিঙৈদা ঐখোইগী ইমুংগী মীশিংগী মরক্তা, ঐখোই অকিরা শরুক্লরম্মী (অল্লাহনা য়াবিরোয়দ্রা হায়বগী);
قَالُوْٓا اِنَّا كُنَّا قَبْلُ فِيْٓ اَهْلِنَا مُشْفِقِيْنَ ۝٢٧

২৮। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থৌজালবিখ্রে ঐখোইবু অমসুং ঙাকপিখ্রে ঐখোইবু মশাবা নুংশিৎকী চৈরাক্তগী।
فَمَنَّ اللّٰهُ عَلَيْنَا وَوَقٰىنَا عَذَابَ السَّمُوْمِ ۝٢٨

২৯। তশেংবমক, ঐখোইনা প্রার্থনা তৌজখি মঙোন্দা অসিগী মমাংদা। তশেংবমক, মহাক্তি থৌজালহৈবনি, নুংশিহৈবনি।
اِنَّا كُنَّا مِنْ قَبْلُ نَدْعُوْهُ ۗ اِنَّهٗ هُوَ الْبَرُّ الرَّحِيْمُ ۝٢٩

২ শুবা রুকূ

৩০। মরমদুনা নীংশিঙহু (নংগী মীশিংবু)। নংগী মপুগী থৌজালদগী নং নত্তে তুংদা থোরক্কদবা রা হায়বা মী নত্রগা অঙাওবা মী।
فَذَكِّرْ فَمَآ اَنْتَ بِنِعْمَتِ رَبِّكَ بِكَاهِنٍ وَّلَا مَجْنُوْنٍ ۝٣٠

৩১। নত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "(মহাক) কবিনি—ঐখোই ঙাইরিএ লাইবক থীবা খরা মতমনা থোকহনবা মঙোন্দা?"
اَمْ يَقُوْلُوْنَ شَاعِرٌ نَّتَرَبَّصُ بِهٖ رَيْبَ الْمَنُوْنِ ۝٣١

৩২। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "নখোই ঙাইয়ু! ঐসু (ঙাইরি) নখোইগা লোয়নননা অঙাইবশিংদুগী মরক্তা।
قُلْ تَرَبَّصُوْا فَاِنِّيْ مَعَكُمْ مِّنَ الْمُتَرَبِّصِيْنَ ۝٣٢

৩৩। নত্রগা মখোইগী জ্ঞান্না তাকপ্রা মখোইবু মসি (হায়য়ু হায়না)? নত্রগা মখোইসে লাক্নু-ফানা য়াদবা মীশিংরা?
اَمْ تَاْمُرُهُمْ اَحْلَامُهُمْ بِهٰذَآ اَمْ هُمْ قَوْمٌ طَاغُوْنَ ۝٣٣

৩৪। নত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা চুমদনা শাজিনখ্রে (রাপাও) অদু? নত্তে, মখোই (কদৌঙৈদসু) অচুম্বা থাজদে।
اَمْ يَقُوْلُوْنَ تَقَوَّلَهٗ ۚ بَلْ لَّا يُؤْمِنُوْنَ ۝٣٤

৩৫। মরমদুনা মখোই পুথোরকসনু মসিগা মান্নবা লাউথোকপা অমা, মখোইনা ঙাঙলবদি অচুম্বা।
فَلْيَاْتُوْا بِحَدِيْثٍ مِّثْلِهٖٓ اِنْ كَانُوْا صٰدِقِيْنَ ۝٣٥

৩৬। নত্রগা মখোইবু শেমখ্রিবা করিসু নত্তবদা? নত্রগা মখোই অশেম্বা ওইরব্রা মশামকপু?
اَمْ خُلِقُوْا مِنْ غَيْرِ شَيْءٍ اَمْ هُمُ الْخٰلِقُوْنَ ۝٣٦

| | |
|---|---|
| ৩৭। নত্ত্রগা মখোইনা শেম-শাখিব্রা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু ? নত্তে, মখোই করিসু থাজবা লৈতে। | اَمْ خَلَقُوا السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ بَلْ لَّا يُوْقِنُوْنَ ۝٣٦ |
| ৩৮। নত্ত্রগা মখোইনা মপু ওইব্রা নংগী মপুগী লনকৈশিংগী, নত্ত্রগা মখোইনা ওইব্রা শাসন-তৌবা মীশিং ? | اَمْ عِنْدَهُمْ خَزَآئِنُ رَبِّكَ اَمْ هُمُ الْمُصَيْطِرُوْنَ ۝٣٧ |
| ৩৯। নত্ত্রগা মখোইগী লৈরব্রা কৈরাক অমা (স্বর্গ য়ৌবা) মদুগী মতেংনা মখোইনা (স্বর্গ কাখত্তুনা) তানবা (অল্লাহগী ময়াথংশিং)? অদু ওইরবদি, মখোইগী পাওতাবনা পুরকসনু তশেং-তশেংবা সনদ। | اَمْ لَهُمْ سُلَّمٌ يَّسْتَمِعُوْنَ فِيْهِ ۚ فَلْيَاْتِ مُسْتَمِعُهُمْ بِسُلْطٰنٍ مُّبِيْنٍ ۝٣٨ |
| ৪০। নত্ত্রগা মহাক্কী লৈব্রা মমোম (নুংঙোনবী) শিংতা অমসুং নখোইগীনা নচা নিপাশিংতা ? | اَمْ لَهُ الْبَنٰتُ وَلَكُمُ الْبَنُوْنَ ۝٣٩ |
| ৪১। নত্ত্রগা নংনা পীয়ু হায়ব্রা মখোইদগী মনা-মথিন (নংনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী), অদুনা মখোই পুখরব্রা শেন্দোন-লন্দোন্দা ? | اَمْ تَسْـَٔلُهُمْ اَجْرًا فَهُمْ مِّنْ مَّغْرَمٍ مُّثْقَلُوْنَ ۝٤٠ |
| ৪২। নত্ত্রগা মখোইনা পায়রিব্রা উদ (খঙদ)বগী (পাওশিং তুংদা থোকলগদবা রাগী) অদুনা মখোইনা ইথোকপ্রা (মদু অল্লাহগী হুকুম খঙহনবা পরেংদগী) ? | اَمْ عِنْدَهُمُ الْغَيْبُ فَهُمْ يَكْتُبُوْنَ ۝٤١ |
| ৪৩। নত্ত্রগা মখোইনা শরৌ শীন্নীংব্রা (নংগী মায়োক্তা) ? তৌইংগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবা মখোইদুনি লাংথুনগদবদি (মখোইগী) শরৌ-লাংলৌদা। | اَمْ يُرِيْدُوْنَ كَيْدًا ۗ فَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا هُمُ الْمَكِيْدُوْنَ ۝٤٢ |
| ৪৪। নত্ত্রগা মখোইগী লৈরব্রা চাঙু লাই অমা অল্লাহ নত্তবা ? অশেংবনি অল্লাহদি মখোইনা থৈজিল্লিবা (মশরুক য়ামিন্নবশিং) অদুদগী (মঙোন্দা)। | اَمْ لَهُمْ اِلٰهٌ غَيْرُ اللّٰهِ ۗ سُبْحٰنَ اللّٰهِ عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ۝٤٣ |
| ৪৫। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা উরদি স্বর্গ মচেৎ অমা (নীংখায়দুনা) তারকপদা (মখোইগী মথক্তা) মখোইনা হায়গনিঃ "(মসি) অথাবা নোং মতুমনি।" | وَاِنْ يَّرَوْا كِسْفًا مِّنَ السَّمَآءِ سَاقِطًا يَّقُوْلُوْا سَحَابٌ مَّرْكُوْمٌ ۝٤٤ |

فَذَرْهُمْ حَتّٰى يُلٰقُوْا يَوْمَهُمُ الَّذِىْ فِيْهِ يُصْعَقُوْنَ ﴿٤٥﴾

৪৬। মরমদুনা থাদোকও মখোইবু মখোইগী (দণ্ডিগী) নুমিৎ অদু লাক্তরিবা ফাওবা মদুদা মখোই ওইগনি বজ্র (কোটি)না ফুথরকপগুম,

يَوْمَ لَا يُغْنِىْ عَنْهُمْ كَيْدُهُمْ شَيْـًٔا وَّلَا هُمْ يُنْصَرُوْنَ ﴿٤٦﴾

৪৭। নুমিৎ অদুদা মখোইগী শরৌ-লাংলৌ (অমসুং মরৈ-মরা) কান্নবা করিসু পীরোই মখোইবু নত্তগা মখোইবু মতেং পাংবিরোই।

وَاِنَّ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا عَذَابًا دُوْنَ ذٰلِكَ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈ রায়েল-চৈরাক অসিতা নত্তনা। তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

وَاصْبِرْ لِحُكْمِ رَبِّكَ فَاِنَّكَ بِاَعْيُنِنَا وَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ حِيْنَ تَقُوْمُ ﴿٤٨﴾

৪৯। মরমদুনা খাংহৈনা ঙাইয়ু রায়েল বিচার নংগী মপুগী (মখোইগী মথক্তা), মরমদি তশেংবমক নং লৈ এখোইগী মিৎয়েং মখাদা, অমসুং শোল্লু লাইশোল নংগী মপুবু থাগৎপগী নংনা (তুম্বদগী) হৌগৎলকপা মতমদা,

وَمِنَ الَّيْلِ فَسَبِّحْهُ وَاِدْبَارَ النُّجُوْمِ ﴿٤٩﴾ ع

৫০। অমসুং অহিংগী মতমদসু নং থাগৎচৌ মহাকপু অমসুং থরানমিচাকশিংনা তাখিবদসু।



সূরহ ৫৩ অল-নজম

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬৩ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①
১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالنَّجْمِ اِذَا هَوٰى ②
২। কসমনি থৱানমিচাক তাখিবগী,

مَا ضَلَّ صَاحِبُكُمْ وَمَا غَوٰى ③
৩। নখোইগী তিন্নবা মরূপদু অরানবা তৌদে নত্ত্রগা লম্মুক্লদে ;

وَمَا يَنْطِقُ عَنِ الْهَوٰى ④
৪। নত্ত্রগা মহাকনা ঙাঙ-শক্তে (মহাক মশাগী) অপাম্বনা।

اِنْ هُوَ اِلَّا وَحْيٌ يُّوْحٰى ⑤
৫। মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং (তশেংবা) ফোংদোকপিখিবা ৱাপাওনি—(মদু) ফোংদোক-পিখি (অল্লাহনা),

عَلَّمَهٗ شَدِيْدُ الْقُوٰى ⑥
৬। তম্বিখি মহাকপু অচৌবা পাঙ্গলবনা,

ذُوْ مِرَّةٍ ؕ فَاسْتَوٰى ⑦
৭। শক্তিগী মপুনা। মরমদুনা মহাক ফংখি (চপচানা) মপুংফাবা,

وَهُوَ بِالْاُفُقِ الْاَعْلٰى ⑧
৮। অমসুং মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী ৱাহৈ মহাকনা লৈরিঙৈদা সোরারেন — নোংখোঙ পরেংগী মথক ইথং-থংবদা।

ثُمَّ دَنَا فَتَدَلّٰى ⑨
৯। অদুগী তুংদা মহাক নকশনখি (অল্লাহদা), মতমদুদা (অল্লাহনসু) নকশনবিরকখি মঙোন্দা,

فَكَانَ قَابَ قَوْسَيْنِ اَوْ اَدْنٰى ⑩
১০। অদুনা মহাক ওইবগুম তৌখি লৌরুং অনিগী মশাংগী নত্ত্রগা খরদুম হেন্না নকশিন্না।

فَاَوْحٰۤى اِلٰى عَبْدِهٖ مَاۤ اَوْحٰى ⑪
১১। মরমদুনা মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী মনাই নিপাদা মহাকনা ফোংদোকনীংবদু।

مَا كَذَبَ الْفُؤَادُ مَا رَاٰى ⑫
১২। (নবীগী) থম্মোইনা চুমদবা তৌখিদে (অমদি চিংনবা পোকখিদে) মহাকনা উখিবদা (চেংলৌ মমিৎ অরুবনা)।

اَفَتُمٰرُوْنَهٗ عَلٰى مَا يَرٰى ⑬
১৩। করি! নখোই চীন্দান্নগে হায়রিব্রা মহাক্কা মহাকনা উখিবগী মরমদা ?

১৪। অদুগা তশেংবমক মহাকনা উখি মহাকপু অতোপ্পা মতমদসু,
وَلَقَدْ رَاٰهُ نَزْلَةً اُخْرٰى ﴿١٣﴾

১৫। মনাক্তা লাপ্পা লৈখ্রবা 'সিদরহ' পাম্বীগী।
عِنْدَ سِدْرَةِ الْمُنْتَهٰى ﴿١٤﴾

১৬। মদুগী মনাক্তা লৈ মতম পুম্বদা লৈগদবা হৈকোন-লৈকোনগী যুম।
عِنْدَهَا جَنَّةُ الْمَاْوٰى ﴿١٥﴾

১৭। কুপ্লবা (পোৎ)না কুপশনখ্রবদা 'সিদরহ' পাম্বীদু,
اِذْ يَغْشَى السِّدْرَةَ مَا يَغْشٰى ﴿١٦﴾

১৮। (মহাক্কী) মিৎয়েং শেরান্নখিদে নত্তুগা মদু চোয়খিদে।
مَا زَاغَ الْبَصَرُ وَمَا طَغٰى ﴿١٧﴾

১৯। তশেংবমক, মহাকনা উখি অথোইবা খুদমশিং মহাক্কী মপুগী।
لَقَدْ رَاٰى مِنْ اٰيٰتِ رَبِّهِ الْكُبْرٰى ﴿١٨﴾

২০। নখোই (খঙলবদি) অদুক হায়য়ু (অরবকী লাইরেম্বী অহুমগী মরমদা ঃ) অল-লাত অমসুং অল-উজ্জা,
اَفَرَءَيْتُمُ اللّٰتَ وَالْعُزّٰى ﴿١٩﴾

২১। অমসুং মনাত, অহুমশুবা (লাইরেম্বী), ইকোন-কোনবদুগী ?
وَمَنٰوةَ الثَّالِثَةَ الْاُخْرٰى ﴿٢٠﴾

২২। করি। নখোইগীদি নচা নিপাশিংতা ওইব্রা অমসুং অল্লাহগীনা মচা নুপীশিংতা ওইব্রা ?
اَلَكُمُ الذَّكَرُ وَلَهُ الْاُنْثٰى ﴿٢١﴾

২৩। মদু তশেংবমক চুমদবা নায়েন্ননি।
تِلْكَ اِذًا قِسْمَةٌ ضِيْزٰى ﴿٢٢﴾

২৪। (লাইরেম্বীশিং) মখোইসিগী মমিংশিং খোনজনখিবনি নখোইনা অমসুং নখোইগী নপা নপুশিংনা—মদুগীদমক অল্লাহনা পীখিদে দলিল। মখোইনা তুংইল্লি কান্নদবা মপুকনিংনা শাগৎপা রাখলগী অমসুং মখোইগী থরাইশিংনা পাম্বগী, হৌজিক মখোইদা তশেংনা লাকখ্রবদা লমজিং মখোইগী মপুদগী।
اِنْ هِيَ اِلَّا اَسْمَاءٌ سَمَّيْتُمُوْهَا اَنْتُمْ وَاٰبَاؤُكُمْ مَّا اَنْزَلَ اللّٰهُ بِهَا مِنْ سُلْطٰنٍ اِنْ يَّتَّبِعُوْنَ اِلَّا الظَّنَّ وَمَا تَهْوَى الْاَنْفُسُ وَلَقَدْ جَاءَهُمْ مِّنْ رَّبِّهِمُ الْهُدٰى ﴿٢٣﴾

২৫। নত্তুগা মীনা ফংবা য়াব্রা মহাকনা অপাম্বাপুম্বা ?
اَمْ لِلْاِنْسَانِ مَا تَمَنّٰى ﴿٢٤﴾

২৬। তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মখুত্তা লৈবনি শিরবা মতুংগী পুন্সি অসুং তাইবঙ-পুন্সি (অনিমক)।
فَلِلّٰهِ الْاٰخِرَةُ وَالْاُوْلٰى ﴿٢٥﴾ ع

২ শুবা রুকূ



৫২

২৭। অদুগা স্বর্গ দুত কয়া য়াম্না লৈখ্রবা স্বর্গদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা অফবা হায়বিবনা করিসু কান্নবা ওইরোই, অল্লাহনা ময়াথং পীবা নত্তরবদি মহাকনা চানবিনীংবা (মতিকচাবা)গী অমসুং য়াবিনীংবা (অফবা লম্বীনব)গী।

وَكَمْ مِّنْ مَّلَكٍ فِي السَّمٰوٰتِ لَا تُغْنِيْ شَفَاعَتُهُمْ
شَيْـًٔا اِلَّا مِنْۢ بَعْدِ اَنْ يَّاْذَنَ اللّٰهُ لِمَنْ يَّشَآءُ وَ
يَرْضٰى ٢٦

২৮। তশেংবমক (অফ-শাজনীংবা) শিরবা মতুংগী পুন্সিবু থাজদবা মখোইদুনা মমিং থোনজল্লি স্বর্গ দুতশিংবু নুপীশিংগী মমিং।

اِنَّ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ لَيُسَمُّوْنَ الْمَلٰٓئِكَةَ
تَسْمِيَةَ الْاُنْثٰى ٢٧

২৯। তৌইগুম্বসুং মখোই জ্ঞান করিসু লৈতে মদুগী মরমদা। মখোইনা তুংইল্লি কান্নদবা মপুকনিংনা শাবা রাখলতগী; তৌইগুম্বসুং পুকনিংনা শাবনা করিসু কান্নবা ফংলোই অচুম্বগী মায়োক্তো।

وَمَا لَهُمْ بِهٖ مِنْ عِلْمٍ ۗ اِنْ يَّتَّبِعُوْنَ اِلَّا الظَّنَّ ۚ وَ
اِنَّ الظَّنَّ لَا يُغْنِيْ مِنَ الْحَقِّ شَيْـًٔا ۚ ٢٨

৩০। মরমদুনা নমায় ওথোকও অদুগুম্বা মীওইদগী মহাকনা মমায় ওথোকই ঐখোইবু নীংশিঙবদগী অমসুং পেন্নাইদনা পামই তাইবঙ-পুন্সিতবু।

فَاَعْرِضْ عَنْ مَّنْ تَوَلّٰى ۙ عَنْ ذِكْرِنَا وَلَمْ يُرِدْ اِلَّا
الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا ۗ ٢٩

৩১। মদু মখোইগী জ্ঞানগী অয়োবি পনখৈনি। তশেংবমক নংগী মপুনা মুন্না খঙই কনানা লম্মুক্কবা মহাক্কী লম্বীদগী অমসুং মহাকনা মুন্না খঙই কনানা তুং ইনবা (অচুম্বা) লমজিং।

ذٰلِكَ مَبْلَغُهُمْ مِّنَ الْعِلْمِ ۗ اِنَّ رَبَّكَ هُوَ اَعْلَمُ
ع بِمَنْ ضَلَّ عَنْ سَبِيْلِهٖ ۙ وَهُوَ اَعْلَمُ بِمَنِ اهْتَدٰى ٣٠

৩২। অদুগা অল্লাহতগীনি স্বর্গদা লৈবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা, অদুনা মহাকনা লমল্ল খুম্বিগনি ফত্তরম লম্বীনবা মখোইবু মখোইনা তৌরম্বগী মতুংইন্না অমসুং মহাকনা পীবিগনি অফবা মনা-মথিন অফবা লম্বীনরম্বা মখোইদুদা।

وَلِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۙ لِيَجْزِيَ
الَّذِيْنَ اَسَآءُوْا بِمَا عَمِلُوْا وَيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اَحْسَنُوْا
بِالْحُسْنٰى ۚ ٣١

৩৩। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাদোকপা অচৌবা পাপশিং অমসুং লূদবা থবকশিং নত্তনা অপাইবা রাখলশিং (থস্মোইদা ঈচু লাংহৌদবা) —থাক্সৈমকশেংনা (কোকপিগনি, করিনা হায়ববু) নংগী মপুদি (য়াম্না) মরাংকায়না কোকপি-হৈবনি। মহাকনা মুন্না খঙই নখোইবু মহাকনা শেমখিবা (মতম)দগী নখোইবু লৈবাক্তগী, অমসুং নখোইনা মূর্তি শুরকপদা ভাইবা অঙাং ওইরিঙৈদা

اَلَّذِيْنَ يَجْتَنِبُوْنَ كَبٰٓئِرَ الْاِثْمِ وَالْفَوَاحِشَ اِلَّا
اللَّمَمَ ۗ اِنَّ رَبَّكَ وَاسِعُ الْمَغْفِرَةِ ۗ هُوَ اَعْلَمُ بِكُمْ
اِذْ اَنْشَاَكُمْ مِّنَ الْاَرْضِ وَاِذْ اَنْتُمْ اَجِنَّةٌ فِيْ

নমাশিংগী গর্ভনুংশিংদা। মরমদুনা নখোই শাজিন্নগনু অশেংবা। মহাকনা মুন্না খঙই কনানা (তশেংনা) অচুম্বা লম্বীনবা।

بُطُوْنِ اُمَّهٰتِكُمْ فَلَا تُزَكُّوْٓا اَنْفُسَكُمْ هُوَ اَعْلَمُ
بِمَنِ اتَّقٰى ۝٣٢ ع

### ৩ শুবা রুকূ

৩৪। নং উরব্রা মহাকদু মমায় ওন্থোকখিবা (লমজিংদগী),

اَفَرَءَيْتَ الَّذِيْ تَوَلّٰى ۝٣٣

৩৫। অমসুং (অহানবদা) খরা পীখ্রগা (মতুংদা) পীগদবদা লীকশিনখিবা ?

وَاَعْطٰى قَلِيْلًا وَّاَكْدٰى ۝٣٤

৩৬। মহাকনা খঙব্রা উদবা (খঙদবা)গী (পাও তুংদা থোকলগদবা রাগী) অদুনা মহাকনা উবা ঙম্রা (মশামক্কী পোল্লোই) ?

اَعِنْدَهٗ عِلْمُ الْغَيْبِ فَهُوَ يَرٰى ۝٣٥

৩৭। নত্তগা মঙোন্দা খঙহন্দরিব্রা মুসাগী ধর্ম্ম-গ্রন্থদা য়াওবদু,

اَمْ لَمْ يُنَبَّاْ بِمَا فِيْ صُحُفِ مُوْسٰى ۝٣٦

৩৮। অমসুং ইব্রাহীমগী—মহাকনা পাংথোকচখি (য়াথংশিংদু) ?—

وَاِبْرٰهِيْمَ الَّذِيْ وَفّٰٓى ۝٣٧

৩৯। মদুদি পোৎলুম পুবা কনা মতনা পুবিরোই পোৎলুম অতোপ্পা কনামতগী,

اَلَّا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِّزْرَ اُخْرٰى ۝٣٨

৪০। অমসুং মীনা করিসু ফংলোই মহাকনা হোৎনবদু নত্তনা,

وَاَنْ لَّيْسَ لِلْاِنْسَانِ اِلَّا مَا سَعٰى ۝٣٩

৪১। অমসুং মহাক্কী (অপাম্বা ফংননবা) কন্না হোৎনবদু থুনা উগনি।

وَاَنَّ سَعْيَهٗ سَوْفَ يُرٰى ۝٤٠

৪২। অদুগী তুংদা মহাকপু পীবিগনি তৌজ মতিকমল পুরা-পুরা,

ثُمَّ يُجْزٰىهُ الْجَزَآءَ الْاَوْفٰى ۝٤١

৪৩। অমসুং নংগী মপুদা পুম্নমক্কী অরোয়বা লমথুংফমনি,

وَاَنَّ اِلٰى رَبِّكَ الْمُنْتَهٰى ۝٤٢

৪৪। অমসুং মহাকননি নোকহল্লিবা (মীশিংবু মমায় পাকপা পোল্লোইনবদা) অমসুং কপহল্লিবা (মায়থীবা শরুক্লবদা),

وَاَنَّهٗ هُوَ اَضْحَكَ وَاَبْكٰى ۝٤٣

৪৫। অমসুং মহাকননি শিহল্লিবা অমসুং হিংহল্লিবা,

وَاَنَّهٗ هُوَ اَمَاتَ وَاَحْيَا ۝٤٤

৪৬। অমসুং মহাকননি শেম-শারিবা জোরাশিং— নিপা অমসুং নুপী,

وَاَنَّهٗ خَلَقَ الزَّوْجَيْنِ الذَّكَرَ وَالْاُنْثٰى ۝٤٥

৪৭। (অঙাং শানবা) মহীক (নিপাগী বীর্য্য)দগী মদু থাজিল্লবদা (গর্ভনুংদা নুপীগী). مِنْ نُّطْفَةٍ اِذَا تُمْنٰى ۝٤٦

৪৮। অমসুং মহাকনা লেপ্পিখ্রে পুথোক্লবা (মীওইবশিংবু) অনিশুবা খুৎশেম (শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিদুনা). وَاَنَّ عَلَيْهِ النَّشْاَةَ الْاُخْرٰى ۝٤٧

৪৯। অমসুং মহাকননি ইনাক খুনহল্লিবা অমসুং পীরিবা লন-থুম (কনাগুম্বা অমগী) পেন্নবা. وَاَنَّهٗ هُوَ اَغْنٰى وَاَقْنٰى ۝٤٨

৫০। অমসুং মহাক মপুনি লুব্ধক নক্ষত্রগী. وَاَنَّهٗ هُوَ رَبُّ الشِّعْرٰى ۝٤٩

৫১। অমসুং মহাকননি মাঙ-তাকহনবিখিবা অহানবা আদ (কাঙলুপ)বু. وَاَنَّهٗۤ اَهْلَكَ عَادَا ۨالْاُوْلٰى ۝٥٠

৫২। অমসুং সমূদ (কাঙলুপ) পুসু. অমসুং মহাকনা খাকপিখিদে (মখোই কনামতবু). وَثَمُوْدَاۡ فَمَاۤ اَبْقٰى ۝٥١

৫৩। অমসুং মহাকনা (মাঙ-তাকহনবিখি) নুহগী মীশিংবু (মখোইগী) মমাংদা। তশেংবনক মখোই ওইখি য়োৌনা চুমদবা অমসুং লমকেৎ-লমহাইবা। وَقَوْمَ نُوْحٍ مِّنْ قَبْلُ ؕ اِنَّهُمْ كَانُوْا هُمْ اَظْلَمَ وَاَطْغٰى ۝٥٢

৫৪। অদুগা মহাকনা লংখায়বিখি মথক মখা ওলহনবিগ্রবা শহরশিং (লুতকী মীশিংগী). وَالْمُؤْتَفِكَةَ اَهْوٰى ۝٥٣

৫৫। মরমদুনা কুপশন্নবা (পোৎ)না কুপশনরিখি মখোইবু; فَغَشّٰىهَا مَا غَشّٰى ۝٥٤

৫৬। (পুম্নমক) অসিগী মতুংদা (হে মীওইবা!) করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নংগী মপুগী নংনা রায়েৎলিবা? فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكَ تَتَمَارٰى ۝٥٥

৫৭। মসি চেকশন-রা-হায়বা মীনি মমাংঙৈদা লাকখিবা চেকশন-রা-হায়বা মীশিংগী মরক্তা। هٰذَا نَذِيْرٌ مِّنَ النُّذُرِ الْاُوْلٰى ۝٥٦

৫৮। নকশল্লকলিবা (রায়েল বিচারগী) পুংফমদু অসুম নকশল্লকলি; اَزِفَتِ الْاٰزِفَةُ ۝٥٧

৫৯। অল্লাহ নত্তবা কনা অমতনা ঙমলোই থিংবা মদু। لَيْسَ لَهَا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ كَاشِفَةٌ ۝٥٨

৬০। (হে অচুম্বা থাজদবশিং!) নখোইবু অঙকপা চনব্রা রাপাও অসিদা? اَفَمِنْ هٰذَا الْحَدِيْثِ تَعْجَبُوْنَ ۝٥٩

৬১। অদুগা নখোই নোকপ্রা অমসুং কপ্তব্রা? وَتَضْحَكُوْنَ وَلَا تَبْكُوْنَ ۝٦٠

৬২। অমসুং নখোই থৌওই-রাওইদনা লৈথোকপ্রা ?

وَاَنْتُمْ سٰمِدُوْنَ ﴿٦٢﴾

৬৩। তৌইগুম্বসুং নখোই সজদহ কৎলু অল্লাহদা অমসুং থৌগল তৌ (মহাকপু)।

فَاسْجُدُوْا لِلّٰهِ وَاعْبُدُوْا ﴿٦٣﴾

سُوْرَةُ الْقَمَرِ مَكِّيَّةٌ (٥٤)

অল-কমর সূরহ ৫৪

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। (রায়েল বিচারগী) পুংফমদু নকশল্লকখ্রে অমসুং চন্দ্র থা মচেৎ থোক্লা খায়দোকখ্রে।

اِقْتَرَبَتِ السَّاعَةُ وَانْشَقَّ الْقَمَرُ ﴿٢﴾

৩। অদুগা (উনবি পুকনিং লোংবা) মখোইনা উরবদি খুদম অমা, মখোইনা মমায় ওৎথোকই অমসুং হায় ঃ "(মসি) অকনবা জাদু-মন্ত্রনি।"

وَاِنْ يَّرَوْا اٰيَةً يُّعْرِضُوْا وَيَقُوْلُوْا سِحْرٌ

مُّسْتَمِرٌّ ﴿٣﴾

৪। অদুগা মখোইনা য়াদে (অচুম্বা পাওজেন), অমসুং তুং ইল্লি মখোই মশাগী অপাম্বগী। তৌইগুম্বসুং থবক খুদিংগী লৈ লেপখিবা মতম।

وَكَذَّبُوْا وَاتَّبَعُوْٓا اَهْوَآءَهُمْ وَكُلُّ اَمْرٍ مُّسْتَقِرٌّ ﴿٤﴾

৫। অদুগা তশেংবমক লাকখ্রে মখোইদা পাওজেল অমা মদুদা য়াওরি পাওমেন (মখোইবু চেকশনহন্নবগী),

وَلَقَدْ جَآءَهُمْ مِّنَ الْاَنْبَآءِ مَا فِيْهِ مُزْدَجَرٌ ﴿٥﴾

৬। মপুংফাবা লৌশিংগী রানি, তৌইগুম্বসুং চেকশনহন্নবগী পাওমেনবনা কান্নবা করিসু ওইদে মখোইদা,

حِكْمَةٌ بَالِغَةٌ فَمَا تُغْنِ النُّذُرُ ﴿٦﴾

৭। মরমদুনা নং নমায় ওৎথোকও মখোইদগী। নুমিৎ অদুদা (অল্লাহগী মায়কৈদা) অকৌবনা কৌরকপদা (মখোইবু) পেন্নগাই ওইদবা থবক অমদা,

فَتَوَلَّ عَنْهُمْ ۘ يَوْمَ يَدْعُ الدَّاعِ اِلٰى شَيْءٍ نُّكُرٍ ﴿٧﴾

خُشَّعًا اَبْصَارُهُمْ يَخْرُجُوْنَ مِنَ الْاَجْدَاثِ كَاَنَّهُمْ جَرَادٌ مُّنْتَشِرٌ ﴿٨﴾

৮। মমিৎশিং লুকথদুনা মখোই থোরক্কনি মখোইগী মোংফমশিংদগী কৌজেংশিং কোয়চাই-চাইথোকপগুম,

مُّهْطِعِيْنَ اِلَى الدَّاعِ ۭ يَقُوْلُ الْكٰفِرُوْنَ هٰذَا يَوْمٌ عَسِرٌ ﴿٩﴾

৯। তফিং-তফিং চেনশনগনি অকৌবগী মায়কৈরোমদা। অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়গনি ঃ "মসি অন্নাবগী নুমিৎনি (ঐখোইগী) !"

كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوْحٍ فَكَذَّبُوْا عَبْدَنَا وَقَالُوْا مَجْنُوْنٌ وَّازْدُجِرَ ﴿١٠﴾

১০। মখোইগী মমাংদা নুহগী মীশিংনা য়াখিদে (ঐখোইগী পাওজেন)— মখোইনা কৌখি ঐখোইগী ইনাই নিপাবু মীনম্বা অমসুং হায়খি ঃ (মহাক), অঙাওবনি অমসুং (মখোইনা) লৌবি তাবিদবনি।

فَدَعَا رَبَّهٗٓ اَنِّىْ مَغْلُوْبٌ فَانْتَصِرْ ﴿١١﴾

১১। মরমদুনা মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুদা (অসি হায়দুনা) ঃ "(ঐগী মপুও !) ঐবু লাক-হৎপিরে, মরম অদুনা তেংবাংবিয়ু (ঐবু)।"

فَفَتَحْنَآ اَبْوَابَ السَّمَاۗءِ بِمَاۗءٍ مُّنْهَمِرٍ ﴿١٢﴾

১২। মরমদুনা ঐখোইনা হাংদোকপিখি থোঙশিং স্বর্গগী, নোং-ঈশিং হৈথহনবিদুনা,

وَّفَجَّرْنَا الْاَرْضَ عُيُوْنًا فَالْتَقَى الْمَاۗءُ عَلٰٓي اَمْرٍ قَدْ قُدِرَ ﴿١٣﴾

১৩। অমসুং ঐখোইনা খ্বাই-খ্বাই পাথোকহনবিখি লৈপাক মখাগী ঈফুটশিং, অদুনা (নোংথক্কী অমসুং লৈখাগী) ঈশিং (অনি পুল্লপ্পা) তিন্নখি (মখোইবু মাঙহনবিনবগী) হান্না লেপখিবা হুকুমগী মতুংইন্না।

وَحَمَلْنٰهُ عَلٰي ذَاتِ اَلْوَاحٍ وَّدُسُرٍ ﴿١٤﴾

১৪। অদুগা ঐখোইনা পুবিখি মহাকপু (হীজাওদা) মদু শাখি উপাকশিং অমসুং য়োৎপিশিংনা,

تَجْرِيْ بِاَعْيُنِنَا ۚ جَزَاۗءً لِّمَنْ كَانَ كُفِرَ ﴿١٥﴾

১৫। মদু (কোয়তাও) তাওখি (ঈশিংদা) ঐখোইনা য়েংনা-য়েংনা ; মনা-মথিননি (মহাক্কী মীশিংনা) য়াবিখিদ্রবা মহাক্কী।

وَلَقَدْ تَّرَكْنٰهَآ اٰيَةً فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿١٦﴾

১৬। অদুগা ঐখোইনা তশেংনা ওইহনবিখি মসি খুদম অমা (তুংদা হৌরকলিবা মীরোনশিংগী), তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না য়েংশনব্রা মসিদা ?

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ﴿١٧﴾

১৭। মরমদুনা কয়া-য়াম্না (শাথীত্রবা) ঐগী ৱায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা) !

১৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা) ?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ⑰

১৯। আদ কাঙলুপনা য়াখিদে (অচুম্বা)। মরমদুনা কয়া য়াম্না (শাথী থুবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা)!

كَذَّبَتْ عَادٌ فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ⑱

২০। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মথক্তা য়াম্না শাথীবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা য়াম্না লাইবক থীবা নুমিৎ অমদা,

اِنَّآ اَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ رِيْحًا صَرْصَرًا فِيْ يَوْمِ نَحْسٍ مُّسْتَمِرٍّ ⑲

২১। মদুনা মীশিংবু মরু ফুক্তোকখ্রবা খজুর পাম্বীশিংগী মউগুম্না।

تَنْزِعُ النَّاسَ كَاَنَّهُمْ اَعْجَازُ نَخْلٍ مُّنْقَعِرٍ ⑳

২২। মরমদুনা কয়া য়াম্না (শাথীথুবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা)!

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ㉑

২৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা) ?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ㉒ ع

২ শুবা রুকূ

২৪। সমূদ (কাঙলুপ)সু (হৈজ-অওইথি য়ারা ললয়াম লোইবনা) য়াখিদে চেকশন-রা-হায়বশিংবু।

كَذَّبَتْ ثَمُوْدُ بِالنُّذُرِ ㉓

২৫। মরমদুনা মখোইনা হায়খি ঃ "করি! ঐখোইনা হেক্তমক তুং ইনগদ্রা মী অমগী ঐখোইগী ইরক্তগী? অদুম তৌরবদি ঐখোই তশেংনমক ওইগনি অরানবা অমসুং নাতৈ চাদবা অঙাওবা।

فَقَالُوْٓا اَبَشَرًا مِّنَّا وَاحِدًا نَّتَّبِعُهٗٓ اِنَّآ اِذًا لَّفِيْ ضَلٰلٍ وَّسُعُرٍ ㉔

২৬। নীংশিঙহনবগী পোৎ অদু শীন্নখ্রা মঙোন্তদা ঐখোই (মতিকচাবা মী অসুপ য়াম্ব)গী মরক্তগী? নত্তে, মহাকসে নাপলচাওবা মীনম্বনি।

ءَاُلْقِيَ الذِّكْرُ عَلَيْهِ مِنْ بَيْنِنَا بَلْ هُوَ كَذَّابٌ اَشِرٌ ㉕

২৭। (তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা হায়বিখি মখোইগী নবীদা) "হয়েং (দা মঙাইরে) মখোই খঙলগনি কনানো নাপলচাওবা মীনম্বা!

سَيَعْلَمُونَ غَدًا مَّنِ الْكَذَّابُ الْأَشِرُ ٢٦

২৮। "ঐখোইনা শোয়দনমক থাবিগনি উট অমোম অমা চাং য়েংনবা মখোইগীদমক্তা; মরমদুনা ঙাইয়ু মখোইবু (হে সালিহ!) অমসুং খাংঙু (মখোইনা ঈকাইবা পীবদু)।

إِنَّا مُرْسِلُوا النَّاقَةِ فِتْنَةً لَّهُمْ فَارْتَقِبْهُمْ وَاصْطَبِرْ ٢٧

২৯। "অদুগা হায়যু মখোইদা (থক্লবা) ঈশিংদু য়েন্নে মখোইগী মরক্তদা, তৌইগুম্বসুং (উট অমোমদু) ঈশিং পিথকপা মতম খুদিংদা মা য়াওবা য়াগনি।"

وَنَبِّئْهُمْ أَنَّ الْمَاءَ قِسْمَةٌ بَيْنَهُمْ كُلُّ شِرْبٍ مُّحْتَضَرٌ ٢٨

৩০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা কৌখি মখোইগী (তৌঙম্বা) মরূপ, মহাকনা ককখি মাবু মফেগল।

فَنَادَوْا صَاحِبَهُمْ فَتَعَاطَىٰ فَعَقَرَ ٢٩

৩১। অদুগী মতমদা কয়া য়াম্না (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন!

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِي وَنُذُرِ ٣٠

৩২। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মায়োক্তা পোকখায়হনবা অমা (যুহারাবগা লোয়নখিবা), অদুনা মখোই ওইখি অকংবা চরাখোকগুম, খোঙপাকনা নেৎথৎপিখ্রবা।

إِنَّا أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ صَيْحَةً وَاحِدَةً فَكَانُوا كَهَشِيمِ الْمُحْتَظِرِ ٣١

৩৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْآنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِن مُّدَّكِرٍ ٣٢

৩৪। লুতকী মীশিংন(সু) য়াখিদে চেকশনব্রা-হায়বশিংবু।

كَذَّبَتْ قَوْمُ لُوطٍ بِالنُّذُرِ ٣٣

৩৫। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইদা নুংপুবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা মখোইগী মথক্তা নত্তনা লুতকী মতুং ইনবশিং, মখোইবুদি ঐখোইনা কনবিখি নোংঙাল্লকপা হৌবদা,

إِنَّا أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ حَاصِبًا إِلَّا آلَ لُوطٍ نَّجَّيْنَاهُم بِسَحَرٍ ٣٤

৩৬। মদু চানবিবনি ঐখোইদগী। অসুম্না ঐখোইনা পী মহে তৌবিমল খঙবা মীবু।

نِّعۡمَةً مِّنۡ عِنۡدِنَا ؕ كَذٰلِكَ نَجۡزِىۡ مَنۡ شَكَرَ ﴿۳۵﴾

৩৭। অদুগা মহাকনা তশেংনমক চেকশন্নবা হায়বিখি মখোইবু ঐখোইগী (তমথীবা) রায়েল-চৈরাক্কী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা চিংনখি চেকশনহন্নবগীদমক তৌখিবা পাওমেন্দু।

وَلَقَدۡ اَنۡذَرَهُمۡ بَطۡشَتَنَا فَتَمَارَوۡا بِالنُّذُرِ ﴿۳۶﴾

৩৮। অদুগা তশেংবমক মখোইনা হোৎনখি মমায় ওথোকহন্নবগী মহাকপু মহাক্কী যুমথুংল-বশিংদগী (মখোইবু ফত্তনা তৌনীংদুনা)। মরমদুনা ঐখোইনা তাংহনবিখি মখোইগী মমিৎশিং (অমসুং হায়বিখিঃ) "হৌজিক নখোই তংঙু মহাউ ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী চেকশনহন্নবগী পাওমেন।"

وَلَقَدۡ رَاوَدُوۡهُ عَنۡ ضَيۡفِهٖ فَطَمَسۡنَاۤ اَعۡيُنَهُمۡ فَذُوۡقُوۡا عَذَابِىۡ وَنُذُرِ ﴿۳۷﴾

৩৯। অদুগা তশেংনমক অয়ুক অঙনবদা কুইনা খাঙবা রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু।

وَلَقَدۡ صَبَّحَهُمۡ بُكۡرَةً عَذَابٌ مُّسۡتَقِرٌّ ﴿۳۸﴾

৪০। (অমসুং ঐখোইনা হায়বিখিঃ) "হৌজিক নখোই তংঙু মহাউ ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী চেকশনহন্নবগী পাওমেন।"

فَذُوۡقُوۡا عَذَابِىۡ وَنُذُرِ ﴿۳۹﴾

৪১। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

وَلَقَدۡ يَسَّرۡنَا الۡقُرۡاٰنَ لِلذِّكۡرِ فَهَلۡ مِنۡ مُّدَّكِرٍ ﴿۴۰﴾ ع

৩ শুবা রুকূ

৪২। অদুগা তশেংবমক লাকখি ফিরঔনগী মীশিংদা চেকশন্নবগী হায়বিবশিং:

وَلَقَدۡ جَآءَ اٰلَ فِرۡعَوۡنَ النُّذُرُ ﴿۴۱﴾

৪৩। মখোইনা (নাপল-মিত্তাংনদুনা) য়াখিদে ঐখোইগী খুদম পুম্নমক। মরমদুনা ঐখোইনা ফাবিখি মখোইবু ফাবগুম্না পাঙ্গলবা (অমসুং) শক্তি পুম্নমক লৈবনা।

كَذَّبُوۡا بِاٰيٰتِنَا كُلِّهَا فَاَخَذۡنٰهُمۡ اَخۡذَ عَزِيۡزٍ مُّقۡتَدِرٍ ﴿۴۲﴾

৪৪। (হে ধর্ম্ম চত্তবশিং!) নখোইগী অচুম্বা থাজদবশিংনা হেন্না ফব্রা (ফিরঔনগী মীশিং)

اَكُفَّارُكُمۡ خَيۡرٌ مِّنۡ اُولٰٓـئِكُمۡ اَمۡ لَـكُمۡ بَرَآءَةٌ فِى

الزُّبُرِ ۝٤٣

মখোই অদুদগী? নত্ত্রগা নখোইবু (রায়েল-চৈরাক্তগী) কায়থোক্লবনি হায়বা লৈরব্রা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা?

اَمْ يَقُوْلُوْنَ نَحْنُ جَمِيْعٌ مُّنْتَصِرٌ ۝٤٤

৪৫। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "ঐখোইসি লানঙম্বা তেঙ্গোল অমনি?"

سَيُهْزَمُ الْجَمْعُ وَيُوَلُّوْنَ الدُّبُرَ ۝٤٥

৪৬। তেঙ্গোলশিংদু থুনা মায়থীবা পীখ্রগনি অমসুং তুং হন্দোক খ্রগনি (চেনবগী)।

بَلِ السَّاعَةُ مَوْعِدُهُمْ وَالسَّاعَةُ اَدْهٰى وَاَمَرُّ ۝٤٦

৪৭। মদু নত্তে, (মখোইবু মায়থীবা পীবগী) পুংজাদু মখোইগী রাশকপিখিবা মতমনি (রায়েল-চৈরাক পীবগী), অমসুং পুংজাদু য়েৌনা খুদোংথীবনি অমসুং খম থেংনা থম্মোই শোকপনি।

اِنَّ الْمُجْرِمِيْنَ فِيْ ضَلٰلٍ وَّسُعُرٍ ۝٤٧

৪৮। তশেংবমক মরাল লৈরবশিং লম্মুক্লরবনি অমসুং নাতে চাদবা অঙাওবনি।

يَوْمَ يُسْحَبُوْنَ فِى النَّارِ عَلٰى وُجُوْهِهِمْ ذُوْقُوْا مَسَّ سَقَرَ ۝٤٨

৪৯। নুমিৎ অদুদা মখোইবু শোরো শোরো চিংথবদা মৈকোন্দা মমায়শিং উপ্লা (মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ) "নখোই তংঙু মহাউ নরক্কী।"

اِنَّا كُلَّ شَيْءٍ خَلَقْنٰهُ بِقَدَرٍ ۝٤٩

৫০। তশেংবমক, ঐখোইনা শেমখি পোৎ খুদিংমক (অরেপ্পা) চাংদা।

وَمَآ اَمْرُنَآ اِلَّا وَاحِدَةٌ كَلَمْحٍ بِالْبَصَرِ ۝٥٠

৫১। অদুগা ঐখোইগী হুকুমদি রাহে অমতনি, (মদুগী ফলসু) মিৎনা কুপ্পগুম্বনি।

وَلَقَدْ اَهْلَكْنَآ اَشْيَاعَكُمْ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ۝٥١

৫২। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রে (জাতি কয়া) নখোইগুম্বা; তৌইগুমবসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

وَكُلُّ شَيْءٍ فَعَلُوْهُ فِى الزُّبُرِ ۝٥٢

৫৩। অদুগা মখোইনা তৌবা খুদিংমক ইশন্দুনা থমই কিতাবশিংদা।

وَكُلُّ صَغِيْرٍ وَّكَبِيْرٍ مُّسْتَطَرٌ ۝٥٣

৫৪। অদুগা অপিকপা অমসুং অচৌবা (থবক) খুদিং (মখোইনা তৌবা) ইশল্লি।

اِنَّ الْمُتَّقِيْنَ فِيْ جَنّٰتٍ وَّنَهَرٍ ۝٥٤

৫৫। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংদি লৈগনি হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং তুরেলশিংগী মরক্তা (নুংঙাই-য়াইফবতা শরুক্লদুনা),

৫৬। (ঙন্দুনা) অচুম্বগী ফম্মেনথক্তা মনাক্তা শক্তি শালী ওইবা নিংথৌরেনগী। فِيْ مَقْعَدِ صِدْقٍ عِنْدَ مَلِيْكٍ مُّقْتَدِرٍ ﴿٥٥﴾




অল-রহমান সূরহ ৫৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৯ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। থৌজালহৈবা অল্লাহ, اَلرَّحْمٰنُ ﴿٢﴾

৩। মহাকনা তম্বিখি কুরআন। عَلَّمَ الْقُرْاٰنَ ﴿٣﴾

৪। মহাকনা শেম-শাখি তাইবঙ মীবু, خَلَقَ الْاِنْسَانَ ﴿٤﴾

৫। তম্বিখি মহাকপু ৱা ঙাঙবা। عَلَّمَهُ الْبَيَانَ ﴿٥﴾

৬। নুমিৎ অমসুং থানা (চৎলি মখোইগী লম্বেল) লেপখিবা হিসাবকী মতুংইন্না, اَلشَّمْسُ وَالْقَمَرُ بِحُسْبَانٍ ﴿٦﴾

৭। অদুগা নাপী শীংনাংনচিংবা পাম্বীশিং অমসুং উপাল ৱাপালশিংনা ভক্তি কৎচৈ (মহাকপু)। وَّالنَّجْمُ وَالشَّجَرُ يَسْجُدٰنِ ﴿٧﴾

৮। অদুগা মহাকনা ৱাংনা থাংগৎলি স্বর্গবু অমসুং লেপই চাং (ৱায়েল বিচারগী), وَالسَّمَآءَ رَفَعَهَا وَوَضَعَ الْمِيْزَانَ ﴿٨﴾

৯। অদুনা নখোইনা ৱাংমা লান্দনবা (লেপখিবা) চাং অদু। اَلَّا تَطْغَوْا فِى الْمِيْزَانِ ﴿٩﴾

১০। অদুগা থম্মু চাং অদু অচুম্বগা লোয়ননা অমসুং কদৌঙেদসু চাং তাগনু (তিন্নবা মরূপ-মপিজাশিংদা)। وَاَقِيْمُوا الْوَزْنَ بِالْقِسْطِ وَلَا تُخْسِرُوا الْمِيْزَانَ ﴿١٠﴾

১১। অদুগা মহাকনা থম্বিখি পৃথিবীসে (মহাক্কী) জীবশিংগীদমক, وَالْاَرْضَ وَضَعَهَا لِلْاَنَامِ ﴿١١﴾

১২। মদুগী মনুংদা লৈ উহৈ (মখল পুম্নমক) অমসুং খজুর পাম্বীশিং মদুগী মপান চরোং-চরোং মখুমনা ইয়োম-য়োমশল্লি ; فِيْهَا فَاكِهَةٌ وَّالنَّخْلُ ذَاتُ الْاَكْمَامِ ﴿١٢﴾

১৩। অমসুং মহৈ-মরোং মকু পানবশিং অমসুং মনম নুংশিবা পাম্বীশিং।

وَالْحَبُّ ذُو الْعَصْفِ وَالرَّيْحَانُ ﴿١٢﴾

১৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদ্রেরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿١٣﴾

১৫। মহাকনা শেম-শাখি তাইবও মীবু ক্রং-ক্রং কংবা লৈবাক্কুগী চফু চনাইগুম,

خَلَقَ الْإِنْسَانَ مِنْ صَلْصَالٍ كَالْفَخَّارِ ﴿١٤﴾

১৬। অমসুং মহাকনা শেমখি জিনবু য়াম্না শাবা মৈদগী:

وَخَلَقَ الْجَانَّ مِنْ مَارِجٍ مِنْ نَارٍ ﴿١٥﴾

১৭। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদ্রেরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿١٦﴾

১৮। (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক অনিগী অমসুং মপুনি নোংচুপ অনিগী:

رَبُّ الْمَشْرِقَيْنِ وَرَبُّ الْمَغْرِبَيْنِ ﴿١٧﴾

১৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদ্রেরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿١٨﴾

২০। মহাকনা চেনহল্লি সমুদ্র ঈপাক অনি — মখোই শম্নগনি (নুমিৎ তামদা),

مَرَجَ الْبَحْرَيْنِ يَلْتَقِيَانِ ﴿١٩﴾

২১। মখোই অনিগী মরক্তা হৌজিক পল অমা লৈ, মখোই লানশন্দে (অমনা অমগী লমদা)।

بَيْنَهُمَا بَرْزَخٌ لَا يَبْغِيَانِ ﴿٢٠﴾

২২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদ্রেরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٢١﴾

২৩। মখোই অনিদগী থোকই মুক্তাশিং অমসুং পোহাল।

يَخْرُجُ مِنْهُمَا اللُّؤْلُؤُ وَالْمَرْجَانُ ﴿٢٢﴾

২৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদ্রেরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٢٣﴾

২৫। অদুগা মহাক্কীনি জহাজশিং হোল্লিবা সমুদ্র ঈমায়থক্তা (নোংদোল-নোংলেন নোংখায়ননা লেপ্পা) চীংজাওশিংগুম।

وَلَهُ الْجَوَارِ الْمُنْشَآتُ فِي الْبَحْرِ كَالْأَعْلَامِ ﴿٢٤﴾

২৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদ্রেরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٢٥﴾

২ শুবা রুকূ

২৭। (পৃথিবীদা)লৈবা পুম্নমক মাঙ-তাক্কনি;

كُلُّ مَنْ عَلَيْهَا فَانٍ ۝٢٦

২৮। তৌইগুম্বসুং মতমপুম্বা লেঙদনা লৈগদবদি চেংলৌ মায়থোং অপানবা নংগী মপুতনি—ঙাম্থোইনা চাঁংলেম্বা অমসুং ইজ্জৎকী মপুনি।

وَيَبْقَىٰ وَجْهُ رَبِّكَ ذُو الْجَلَالِ وَالْإِكْرَامِ ۝٢٧

২৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٢٨

৩০। স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক্না নীঙ্গে মঙোন্দা। নুমিৎ খুদিং মহাকনা (ফোংদোকচে মহাকমকপু) তোঙান-তোঙানবা শক্লেদা।

يَسْأَلُهُ مَنْ فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۚ كُلَّ يَوْمٍ هُوَ فِي شَأْنٍ ۝٢٩

৩১। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٣٠

৩২। থুনা ঐখোইনা (রা) লেপ্পিগনি নাখোইগী রাফম, হে তেঙ্গোল অনি!

سَنَفْرُغُ لَكُمْ أَيُّهَ الثَّقَلَانِ ۝٣١

৩৩। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٣٢

৩৪। হে জিন অমসুং মীগী কাঙলুপ! নখোইগী নপাঙ্গল লৈরবদি চৎপা হেন্দোক্লা চিদাইরাইগী লম স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী, অদু ওইরবদি চৎলো: তৌইগুম্বসুং নখোই ঙমলোই চৎপা (ঐখোইগী) হুকুম নত্তনা।

يَا مَعْشَرَ الْجِنِّ وَالْإِنْسِ إِنِ اسْتَطَعْتُمْ أَنْ تَنْفُذُوا مِنْ أَقْطَارِ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ فَانْفُذُوا ۚ لَا تَنْفُذُونَ إِلَّا بِسُلْطَانٍ ۝٣٣

৩৫। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٣٤

৩৬। নখোইগী মায়োক্তা থাবিরক্কনি মৈগী মৈরি অমসুং মৈখু, অদুগী মতমদা নখোই ঙমলোই ঙাকচবা নশামকপু (মদুদগী)।

يُرْسَلُ عَلَيْكُمَا شُوَاظٌ مِنْ نَارٍ وَنُحَاسٌ فَلَا تَنْتَصِرَانِ ۝٣٥

৩৭। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٣٦

৩৮। স্বর্গনা মচেৎ থোক্লা কায়রকপদা, অমসুং অঙাংবা শউনগুম ঙাংশিল্লকপদা (মদু কয়াদা তমথীগ্রবা নুমিৎ ওইগদবা!)

فَإِذَا انْشَقَّتِ السَّمَاءُ فَكَانَتْ وَرْدَةً كَالدِّهَانِ ۝٣٧

৩৯। মরমদুনা,. করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٣٩

৪০। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা মী নত্রগা জিন কনামতবু ৱা হংবিরোই মাগী মাগী মপাপকী মরমদা।

فَيَوْمَئِذٍ لَّا يُسْأَلُ عَن ذَنبِهِ إِنسٌ وَلَا جَانٌّ ٤٠

৪১। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٤١

৪২। মরাল লৈরবশিং মশক হেক্তমক খঙগনি মখোইগী মার্কাশিংদগী, অমসুং মখোইবু ফাবিগনি পায়দুনা মখোইগী লুমাং-শম অমসুং মখোঙশিং।

يُعْرَفُ الْمُجْرِمُونَ بِسِيمَاهُمْ فَيُؤْخَذُ بِالنَّوَاصِي وَالْأَقْدَامِ ٤٢

৪৩। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٤٣

৪৪। মসি যম লৈবাক অদুনি মরাল লৈবশিংনা চুমদবনি হায়রম্বদু।

هَٰذِهِ جَهَنَّمُ الَّتِي يُكَذِّبُ بِهَا الْمُجْرِمُونَ ٤٤

৪৫। মরক্তা মদুগী অমসুং ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিংগী মখোই চৎকনি কোয়থুং- থুংনা।

يَطُوفُونَ بَيْنَهَا وَبَيْنَ حَمِيمٍ آنٍ ٤٥

৪৬। মরমদুনা করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٤٦

৩ শুবা রুকূ

৪৭। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওই মহাকনা লেপ্পা কিজরম্বা (রায়েলশঙ) মমাংদা মহাক্কী মপুগী, লৈ (শেম শাদুনা) হৈকোন-লৈকোন অনি।

وَلِمَنْ خَافَ مَقَامَ رَبِّهِ جَنَّتَانِ ٤٧

৪৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٤٨

৪৯। (হৈকোন-লৈকোন অনি অদুদা লৈ মখল-মখালগী (উপাম্বাশিং অমসুং নুংঙাই-বশিং)।

ذَوَاتَا أَفْنَانٍ ٤٩

৫০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٥٠

৫১। মখোই অনিদুদা (লিকলাই মহীনরবী) ঈফুৎ অনি ঈচেল্লি (অপন-অরাক লৈতনা)।

فِيهِمَا عَيْنَانِ تَجْرِيَانِ ٥١

৫২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٥٢﴾

৫৩। মদুগী মনুংদা উহৈ মখল খুদিং অনি-অনি পাল্লি।

فِيْهِمَا مِنْ كُلِّ فَاكِهَةٍ زَوْجٰنِ ﴿٥٣﴾

৫৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٥٤﴾

৫৫। মখোই হিপথগনি মথক্তা গালিচা ফিদাশিংগী—মদুগী ফিগা ওইগনি সনা হৎপা রেশম ফিনা। অদুগা হৈকোন অনিদুগী অমুনবা উহৈশিং (য়ান্থগনি) মখোইনা লাম্বা ফংনা।

مُتَّكِـِٕيْنَ عَلٰى فُرُشٍۭ بَطَآئِنُهَا مِنْ اِسْتَبْرَقٍ ؕ وَجَنَا الْجَنَّتَيْنِ دَانٍ ﴿٥٥﴾

৫৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٥٦﴾

৫৭। মদুগী মনুংদা লৈগনি (মখোইগী সেবা-রোইশিং ওইনা অশেংবী লৈশাবীশিং) মিৎয়েং চোয়দা য়েংদবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইরবী)—মখোইদু মী নত্রগা জিন কনামতনা শোকখিদরিবনি মখোইগী মমাংদা।

فِيْهِنَّ قٰصِرٰتُ الطَّرْفِ ۙ لَمْ يَطْمِثْهُنَّ اِنْسٌ قَبْلَهُمْ وَلَا جَآنٌّ ﴿٥٧﴾

৫৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٥٨﴾

৫৯। (ফজবদা) মখোই (নীক—নীক লাউনা লৈরবা) লালমণি অমসুং পোহালগুম্বনি।

كَاَنَّهُنَّ الْيَاقُوْتُ وَالْمَرْجَانُ ﴿٥٩﴾

৬০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٦٠﴾

৬১। অফবা (থবক্কী) মহৈ অফবা নত্তবা করিগুম্বা পোৎনা ওইবা য়াব্রা ?

هَلْ جَزَآءُ الْاِحْسَانِ اِلَّا الْاِحْسَانُ ﴿٦١﴾

৬২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٦٢﴾

৬৩। অমসুং (হৈকোন-লৈকোন) অনিসি নত্তবা, (অতোপ্পা) হৈকোন-লৈকোন অনি লৈ।

وَمِنْ دُوْنِهِمَا جَنَّتٰنِ ﴿٦٣﴾

৬৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ﴿٦٤﴾

৬৫। (মদুদা হৌবা পান্থী পুম্নমক) শমুক কাদুনা উনা-পুংবনি।

مُدْهَآمَّتٰنِ ۝٦٤

৬৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٦٥

৬৭। মদুদা তরং-ঈচেন্নরবী ঈফূৎ অনিসু লৈ।

فِيْهِمَا عَيْنٰنِ نَضَّاخَتٰنِ ۝٦٦

৬৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٦٧

৬৯। মখোই অনিদুদা হৌরি উহৈশিং (মখল খুদিং, অমসুং খজুরশিং অমসুং কাফোইশিং।

فِيْهِمَا فَاكِهَةٌ وَّنَخْلٌ وَّرُمَّانٌ ۝٦٨

৭০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٦٩

৭১। মদুগী মনুংদা লৈ শক-ফজবী, শকওং-শাদা নিংথীজরবী (কুমারীশিং)।

فِيْهِنَّ خَيْرٰتٌ حِسَانٌ ۝٧٠

৭২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٧١

৭৩। শকহেনবী লৈশাবীশিং মমিৎশিং মচু অমুবা য়ৌনা ফজখ্রবা (থম্মোই খুদিং হুনঙাই মিৎস্না-থম্বাল-মানবী) ঙাক-শেন্দুনা থমখ্রবা তম্বুর মনুংশিংদা।

حُوْرٌ مَّقْصُوْرٰتٌ فِى الْخِيَامِ ۝٧٢

৭৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٧٣

৭৫। মখোইদু মী নত্রগা জিন কনামতনা শোকখিদরিবনি মখোইগী মমাংদা।

لَمْ يَطْمِثْهُنَّ اِنْسٌ قَبْلَهُمْ وَلَا جَآنٌّ ۝٧٤

৭৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٧٥

৭৭। (মদুদা মখোই হরাওবমখৈ হরাওগনি নুংঙাইবমখৈ নুংঙাইগনি) হিপথদুনা অশংবা গদ্দী অমসুং ফজখ্রবা গালিচা ফিদা মথক্তা।

مُتَّكِـِٕيْنَ عَلٰى رَفْرَفٍ خُضْرٍ وَّعَبْقَرِيٍّ حِسَانٍ ۝٧٦

৭৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٧٧

৭৯। য়াইফখোল লৈবনি কোলোয় মিংলেন্দি নংগী মপুগী, (মহাক্তি) ঙাম্থোইনা চীংলেম্বা অমসুং ইজ্জৎকী মপুনি।

تَبٰرَكَ اسْمُ رَبِّكَ ذِي الْجَلٰلِ وَالْاِكْرَامِ ﴿٧٩﴾

## سُوْرَةُ الْوَاقِعَةِ مَكِّيَّةٌ

(٥٦) — اٰيَاتُهَا — رُكُوْعَاتُهَا

অল-ৱাকি'অহ সূরহ ৫৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

২। (নাম্থোকপা য়াদ্রবা) থৌদোক অদু লাকলবা মতমদা,

إِذَا وَقَعَتِ الْوَاقِعَةُ ①

৩। মদু থোক্কনি হায়বদা মীনম্বনি কনানসু হায়বা ঙমদে।

لَيْسَ لِوَقْعَتِهَا كَاذِبَةٌ ②

৪। (খরবু) মসিনা তোম্থহনবিগনি, (অতোপ্পবু) মসিনা ৱাংখৎহনবিগনি।

خَافِضَةٌ رَّافِعَةٌ ③

৫। পৃথিবীনা য়ুহারাদুনা (চেংখৈ য়াংকোক্লবা) নীকলবা মতমদা,

إِذَا رُجَّتِ الْاَرْضُ رَجًّا ④

৬। অমসুং চীংজাওশিং মচেৎ-মচেৎ কায়দুনা পুমনীং-নীংখায়রবদা,

وَّبُسَّتِ الْجِبَالُ بَسًّا ⑤

৭। মখোই উফুলগুম ওইদুনা কোয়চাই চাইখায়গনি।

فَكَانَتْ هَبَآءً مُّنْۢبَثًّا ⑥

৮। অদুগা নখোই (মীওইবশিং)বু (খায়দোক্কনি) কাঙলুপ অহুম থোক্লা ঃ

وَّكُنْتُمْ اَزْوَاجًا ثَلٰثَةً ⑦

৯। (অহানবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্মা (লাইবক ফত্রবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

فَاَصْحٰبُ الْمَيْمَنَةِ ۙ مَآ اَصْحٰبُ الْمَيْمَنَةِ ⑧

১০। (অনিশুবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্মা (লাইবক থীত্রবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

وَاَصْحٰبُ الْمَشْئَمَةِ ۙ مَآ اَصْحٰبُ الْمَشْئَمَةِ ⑨

১১। অমসুং (অহুমশুবা) চৈকোক থংবশিং, মখোই খ্বাইগী মকোক থোংবশিংনি ; وَالسّٰبِقُوْنَ السّٰبِقُوْنَ ⑪

১২। মখোইসি মনাক নকপশিংনি (অল্লাহদা) ; اُولٰٓئِكَ الْمُقَرَّبُوْنَ ⑫

১৩। মখোই লৈগনি (মতমপুম্বদা) থোইদোক্না নুংঙাইহ্রবা হৈকোন-লৈকোনশিংদা। فِىْ جَنّٰتِ النَّعِيْمِ ⑬

১৪। (অৱাংবা থাক অসি ফংগনি) মী য়াম্না মাংজিনৗেগী (মুসলিমশিংগী) মরক্তগী, ثُلَّةٌ مِّنَ الْاَوَّلِيْنَ ⑭

১৫। অমসুং মী খরতা অঁকোনবা মতমগী। وَقَلِيْلٌ مِّنَ الْاٰخِرِيْنَ ⑮

১৬। (মখোই লৈগনি লৈকোন্নুংদা) পোত্থাদুনা গন্দী মথক্তা মদু সনা অমসুং মণি-মুক্তা থাম্বনি, عَلٰى سُرُرٍ مَّوْضُوْنَةٍ ⑯

১৭। হিপথগনি মদুগী মথক্তা, অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা। مُّتَّكِـِٕيْنَ عَلَيْهَا مُتَقٰبِلِيْنَ ⑰

১৮। ঙাইদুনা লৈবা পাখঙ সেবারোইশিং মতমচুপ্পা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবনা চত্তুনা লৈগনি (সেবাগী) মখোইগী অকোয়বদা, يَطُوْفُ عَلَيْهِمْ وِلْدَانٌ مُّخَلَّدُوْنَ ⑱

১৯। পুদুনা কপশিং অমসুং জগশিং অমসুং গিলাসশিং (থম্না) হাপ্তুনা (লিক্কাই মহীনরবা) ঈফুৎকী ঈশিং। بِاَكْوَابٍ وَّاَبَارِيْقَ ۙ وَكَاْسٍ مِّنْ مَّعِيْنٍ ⑲

২০। মদু (থকপ) না মখোইবু কোক চিকহল্লোই নত্তগা মখোইবু ময়ায় কাহল্লোই, لَّا يُصَدَّعُوْنَ عَنْهَا وَلَا يُنْزِفُوْنَ ⑳

২১। অমসুং (পুদুনা) অসিগুম্বা উহৈশিং মখোইনা খনবা-খনবদু, وَفَاكِهَةٍ مِّمَّا يَتَخَيَّرُوْنَ ㉑

২২। অমসুং শা চেকলা উচেকশিংগী মখোইনা পাম্বা-পাম্বদু। وَلَحْمِ طَيْرٍ مِّمَّا يَشْتَهُوْنَ ㉒

২৩। অদুগা (মদুগী মনুংদা লৈগনি মখোইগী সেবাগীদমক) শকহেনবী লৈশাবীশিং মমিৎশিং তরাও-তরাওবী য়ৌনা ফজখ্রবা (থম্মোই খুদিং হুনঙাই মিৎস্না থম্বালা মানবী), وَحُوْرٌ عِيْنٌ ㉓

২৪। (মখোইদু) মুক্তাগুম্বনি (কুয়োমদা) লোৎশন্দুনা লৈবা, كَاَمْثَالِ اللُّؤْلُؤِ الْمَكْنُوْنِ ㉔

২৫। (পুম্নমকসি) মনা-মথিননি মখোইনা তৌজখিবগী (অফবশিং)।

جَزَآءًۢ بِمَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿٢٤﴾

২৬। মখোইনা তারোই মদুগী মনুংদা চোয়ঙাঙ নঙ্গ্গা পাপকী ৱারী-ৱ্রাতাই,

لَا يَسْمَعُونَ فِيهَا لَغْوًا وَّلَا تَأْثِيمًا ﴿٢٥﴾

২৭। নত্তনা তরাম-তরাম্না ওকপগী (ৱাহৈ) "সলাম ! সলাম !"

إِلَّا قِيلًا سَلٰمًا سَلٰمًا ﴿٢٦﴾

২৮। অদুগা য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্না (লাইবক ফগ্গবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো !

وَأَصْحٰبُ الْيَمِينِ ۙ مَآ أَصْحٰبُ الْيَمِينِ ﴿٢٧﴾

২৯। (মখোই) লৈগনি মরক্তা তিংখং পান্দবা সিদরহ পাম্বীশিংগী (নুংঙাইবা ফম্বৈনদুনা),

فِي سِدْرٍ مَّخْضُودٍ ﴿٢٨﴾

৩০। অমসুং (গে-গে লাউনা হৌবা) লফু পাম্বী চবুনগী,

وَّطَلْحٍ مَّنضُودٍ ﴿٢٩﴾

৩১। অমসুং শন্দোকলবা উরুম (মখাদা),

وَّظِلٍّ مَّمْدُودٍ ﴿٣٠﴾

৩২। অমসুং ৱা-ৱা-ৱা লাউনা হাদোরকপা ঈশিং (মনাক্তা),

وَّمَآءٍ مَّسْكُوبٍ ﴿٣١﴾

৩৩। অমসুং মরাংকায়বা উহৈশিংগী (মরক্তা),

وَّفٰكِهَةٍ كَثِيرَةٍ ﴿٣٢﴾

৩৪। (মদু) লোয়বা লৈরোই নত্ত্রগা (হাউনা চাবা) থিংবা তৌরোই,

لَّا مَقْطُوعَةٍ وَّلَا مَمْنُوعَةٍ ﴿٣٣﴾

৩৫। অমসুং মখোইগী লৈগনি য়াম্না চীংলেম্বা মতালোইশিং ঃ

وَّفُرُشٍ مَّرْفُوعَةٍ ﴿٣٤﴾

৩৬। তশেংবমক, ঐখোইনা শেম শাবিখি মখোইবু তোপ-তোপ্পা খুৎশেমদা,

إِنَّآ أَنشَأْنٰهُنَّ إِنشَآءً ﴿٣٥﴾

৩৭। অমসুং শেমখি মখোইবু (মতমপুম্বদা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবা) লৈশাবীশিং (ওইনা),

فَجَعَلْنٰهُنَّ أَبْكَارًا ﴿٣٦﴾

৩৮। (ফজবা হৈরাংগী অথুম্বা হৈয়োন্দা থোকলবা) নুংশি-শকফম, শামান-লেংমান্নবা,

عُرُبًا أَتْرَابًا ﴿٣٧﴾

৩৯। (পুম্নমকসি নুংঙাইহন্নবগীনি) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগীদমক্তা।

لِّأَصْحٰبِ الْيَمِينِ ﴿٣٨﴾ ع

২ শুবা রুকূ

৪০। (থাক অসি ফংগনি) মী য়াম্না মাংজিনঙৈগী (মুসলিমশিংগী) মরক্তুগী, ثُلَّةٌ مِّنَ الْأَوَّلِينَ ﴿٣٩﴾

৪১। অমসুং মী য়াম্না অকোনবা (মুসলিমশিংগী) মরক্তুগী। وَثُلَّةٌ مِّنَ الْآخِرِينَ ﴿٤٠﴾

৪২। তৌইগুম্বসুং ওইথংরা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্না (লাইবক থীখ্রবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিংদো! وَأَصْحَابُ الشِّمَالِ مَا أَصْحَابُ الشِّمَالِ ﴿٤١﴾

৪৩। (মখোই লৈগনি) অশাবা নুংশিৎ অমসুং অশৌবা ঈশিংগী (মরক্তা), فِي سَمُومٍ وَحَمِيمٍ ﴿٤٢﴾

৪৪। অমসুং অমুবা মৈখুগী মরূমদা, وَظِلٍّ مِّن يَحْمُومٍ ﴿٤٣﴾

৪৫। ঈংবসু ঈংলোই নত্তুগা তেকথৎপসু তেকখৎলোই। لَّا بَارِدٍ وَلَا كَرِيمٍ ﴿٤٤﴾

৪৬। তশেংবমক মসিগী মমাংদা মখোই লৈরম্মী (তাইবঙ-পুন্সিদা) ৱাইশংনা অমসুং নুংঙাইনা; إِنَّهُمْ كَانُوا قَبْلَ ذَٰلِكَ مُتْرَفِينَ ﴿٤٥﴾

৪৭। অমসুং মখোই অনম কল্লম্মী শার্থীবা শাজত্তা; وَكَانُوا يُصِرُّونَ عَلَى الْحِنثِ الْعَظِيمِ ﴿٤٦﴾

৪৮। অমসুং মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা হায়খিঃ "করি! ঐখোইনা শিখ্রবা মতমদা অমসুং ওইরকখ্রবদা উফুল অমসুং শরূ(লুকং), ঐখোইবু তশেংবমক অমুকহন্না হিংগৎহনবিগদৌরিব্রা? وَكَانُوا يَقُولُونَ أَئِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا وَعِظَامًا أَإِنَّا لَمَبْعُوثُونَ ﴿٤٧﴾

৪৯। "অমসুং ঐখোইগী ইপা-ইপুশিং থাইনগী (সু হৌগৎলক্কদৌরিব্রা) ?" أَوَآبَاؤُنَا الْأَوَّلُونَ ﴿٤٨﴾

৫০। হায়য়ুঃ "তশেংবমক অহানবগী অমসুং অকোনবগী (মীরোনশিং)— قُلْ إِنَّ الْأَوَّلِينَ وَالْآخِرِينَ ﴿٤٩﴾

৫১। "পুম্নমক পুল্লপ পুন্না খোমজনবিগনি (রায়েল বিচারগী) লেপখিবা পুংফমদা (খ্বাইনা) খঙনরবা নুমিৎ অমগী।" لَمَجْمُوعُونَ إِلَىٰ مِيقَاتِ يَوْمٍ مَّعْلُومٍ ﴿٥٠﴾

৫২। "অদুগী তুংদা, হে লম্মুক্কখ্রবশিং (অমসুং অচুম্বা পাওজেন) য়াদবশিং!" ثُمَّ إِنَّكُمْ أَيُّهَا الضَّالُّونَ الْمُكَذِّبُونَ ﴿٥١﴾

৫৩। "নখোই চাবা তাই (মহৈ) জক্কুম উপাম্বীগী," لَآكِلُونَ مِن شَجَرٍ مِّن زَقُّومٍ ﴿٥٢﴾

৫৪। "মদুনা থনগনি নখোইগী নপুকশিং,"

فَمَالِـُٔونَ مِنْهَا الْبُطُونَ ٥٣

৫৫। "মদুগী মথক্তা নখোই থক্কনি অশৌবা ঈশিং ;"

فَشٰرِبُونَ عَلَيْهِ مِنَ الْحَمِيمِ ٥٤

৫৬। "গর-গর থক্কনি খৌরাংলবা উটনা পেনবা নাইদনা থকপগুম।"

فَشٰرِبُونَ شُرْبَ الْهِيمِ ٥٥

৫৭। মসিনি মখোইগী সেবা ৱায়েল বিচারগী নুমিত্তা।

هٰذَا نُزُلُهُمْ يَوْمَ الدِّينِ ٥٦

৫৮। (হে তাইবঙ মীশিং! ৱারম অসি খঙঙু ঃ) ঐখোইনা শেম শাখিবনি নখোইবু, মরমদুনা করিগীনো নখোইনা য়াদরিবা অচুম্বা (ৱাফম শিবদগী অমুক হিংগৎহনবগী) ?

نَحْنُ خَلَقْنٰكُمْ فَلَوْلَا تُصَدِّقُونَ ٥٧

৫৯। নখোই য়েংব্রা (নাওচন লীলা শান্নবদা) নখোইনা থাদোরকপা (অঙাং শানবা মহীক) অদু ?

أَفَرَءَيْتُم مَّا تُمْنُونَ ٥٨

৬০। নখোইনা শেম্ব্রা মদু নত্রগা ঐখোইনা অশেম্বা ওইব্রা (মদুগী) ?

ءَأَنتُمْ تَخْلُقُونَهُۥٓ أَمْ نَحْنُ الْخٰلِقُونَ ٥٩

৬১। ঐখোইনা নোংদমবিখ্রে শিবা হায়বদু নখোই (তাইবঙ মী) পুম্নমক্তা, অমসুং ঐখোইবু থিংবা ঙম্মরোই—

نَحْنُ قَدَّرْنَا بَيْنَكُمُ الْمَوْتَ وَمَا نَحْنُ بِمَسْبُوقِينَ ٦٠

৬২। পুশল্লকপদা নখোইগী নফমদা (অতোপ্পা) নখোইগুম্বা, অমসুং চাওখৎহনবদা নখোইবু (অতোপ্পা মওং) নখোইনা খঙদবদা।

عَلٰىٓ أَن نُّبَدِّلَ أَمْثٰلَكُمْ وَنُنشِئَكُمْ فِى مَا لَا تَعْلَمُونَ ٦١

৬৩। অদুগা তশেংবমক নখোইনা খঙলে অহানবগী খুৎশেম। করি মরমগী নখোই ধ্যান তৌদবগে ?

وَلَقَدْ عَلِمْتُمُ النَّشْأَةَ الْأُولٰى فَلَوْلَا تَذَكَّرُونَ ٦٢

৬৪। নখোই য়েংব্রা নখোইনা (মরু) হুনবদু ?

أَفَرَءَيْتُم مَّا تَحْرُثُونَ ٦٣

৬৫। নখোইনা হৌহনব্রা মদু নত্রগা ঐখোইনা ওইব্রা (পোৎ-চৈ) হৌহনবা ?

ءَأَنتُمْ تَزْرَعُونَهُۥٓ أَمْ نَحْنُ الزّٰرِعُونَ ٦٤

৬৬। ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঙম্মি ওইহনবা মদু পুম্নমক কায়হন্দুনা মচেৎ-মচেৎ তাহনবা, মতমদুদা নখোই কপকনি ঃ

لَوْ نَشَآءُ لَجَعَلْنٰهُ حُطٰمًا فَظَلْتُمْ تَفَكَّهُونَ ٦٥

৬৭। (অমসুং হায়গনি :) "ঐখোইদি মাঙজরেদনা!"

إِنَّا لَمُغْرَمُونَ ٦٧

৬৮। "নত্তে, ঐখোইগী লৈজরম্বাপুম্বা লৌথোকপিখ্রে।"

بَلْ نَحْنُ مَحْرُومُونَ ٦٨

৬৯। নখোই য়েংব্রা নখোইনা থকলিবা ঈশিংদু ?

أَفَرَءَيْتُمُ الْمَآءَ الَّذِي تَشْرَبُونَ ٦٩

৭০। নখোইনা তাহনব্রা মদু নোং মতুমদগী নত্ত্রগা ঐখোইনা তাহনব্রা ?

ءَأَنتُمْ أَنزَلْتُمُوهُ مِنَ الْمُزْنِ أَمْ نَحْنُ الْمُنزِلُونَ ٧٠

৭১। ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঙম্মি ওইহনবা মদু খয়াক্লবা। মরমদুনা করিগীনো নখোইনা তৌবিমল খুঙবা উত্তবা ?

لَوْ نَشَآءُ جَعَلْنَٰهُ أُجَاجًا فَلَوْلَا تَشْكُرُونَ ٧١

৭২। নখোই য়েংব্রা নখোইনা থারিবা মৈ অদু ?

أَفَرَءَيْتُمُ النَّارَ الَّتِي تُورُونَ ٧٢

৭৩। নখোইনা থোকহনব্রা পামেল উ মদুগীদমক নত্ত্রগা ঐখোইনা থোকহনব্রা ?

ءَأَنتُمْ أَنشَأْتُمْ شَجَرَتَهَآ أَمْ نَحْنُ الْمُنشِـُٔونَ ٧٣

৭৪। ঐখোইনা শেমখি মদু নীংশিঙহন্নবা পোৎ অমা ওইনা (ফত্তরম লম্বীনবশিংদা) অমসুং কান্নবা অমা ওইনা লংফৈ চৎপশিংগী মরুভূমিদা।

نَحْنُ جَعَلْنَٰهَا تَذْكِرَةً وَمَتَٰعًا لِّلْمُقْوِينَ ٧٤

৭৫। মরমদুনা শৈশকও থাগত্তুনা কোলোয় মিংলেন নংগী মপু অচৌবগী।

فَسَبِّحْ بِاسْمِ رَبِّكَ الْعَظِيمِ ٧٥

৩ শুবা রুকূ

৭৬। নত্তে, ঐনা ব্লাশকল্লি থৱাম্মিচাক মথী তাবগী,

فَلَآ أُقْسِمُ بِمَوَٰقِعِ النُّجُومِ ٧٦

৭৭। অমসুং মসি, তশেংবমক, অচৌবা ব্লাশকনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি,

وَإِنَّهُ لَقَسَمٌ لَّوْ تَعْلَمُونَ عَظِيمٌ ٧٧

৭৮। মদুদি মসি, থাঙ্গৈশেংবমক, ঈকাই-খুম্মনঙাই মশক ওইবা কুরআন্নি,

إِنَّهُ لَقُرْءَانٌ كَرِيمٌ ٧٨

৭৯। চেকশন্না ঙাক্কুনা থমগ্রবা কিতাব অমদা (ইশনখ্রবনি),

فِي كِتَٰبٍ مَّكْنُونٍ ٧٩

৮০। মসি শোকপা য়াদে (নুং-পান অনিমক) শেংদোকলবশিং নত্তনা।

لَّا يَمَسُّهُ إِلَّا الْمُطَهَّرُونَ ٨٠

৮১। (মসি) ফোংদোরকখিবনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী।

تَنزِيلٌ مِّن رَّبِّ الْعَٰلَمِينَ ٨١

১৬। মীনম্বা, পাপচেনবা লুমাং-শমনি। نَاصِيَةٍ كَاذِبَةٍ خَاطِئَةٍ ﴿١٦﴾

১৭। মরমদুনা মহাক কৌজসনু মহাক্কী তিন্ন-জরম্বশিং (তেংবাংনবা মহাকপু), فَلْيَدْعُ نَادِيَهُ ﴿١٧﴾

১৮। ঐখোই(সু) কৌরগনি (ঐখোইগী) সম্ত্রীশিং (হুনজন্নবা মহাকপু নরকতা)। سَنَدْعُ الزَّبَانِيَةَ ﴿١٨﴾

১৯। নত্তে, নং ইনগনু মহাকনা হায়বদা, তৌইগুম্বসুং নকোক লুকথদুনা খুরুম্মু অমসুং নকশন্নবা তৌ (অল্লাহদা)। كَلَّا لَا تُطِعْهُ وَاسْجُدْ وَاقْتَرِبْ ﴿١٩﴾ السجدة

সজদহ

سُورَةُ الْقَدْرِ مَكِّيَّةٌ (٩٧) آياتها ٥ ركوعها ١

সূরহ ৯৭ অল-কদর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। তশেংবমক, ঐখোইনা থাখি (কুরআন) অসি শক্তি লৈবা অহিংদা, إِنَّا أَنْزَلْنَاهُ فِي لَيْلَةِ الْقَدْرِ ﴿٢﴾

৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু শক্তি লৈবা অহিং হায়বদি করিনো? وَمَا أَدْرَاكَ مَا لَيْلَةُ الْقَدْرِ ﴿٣﴾

৪। শক্তি লৈবা অহিংদি ফবা হেল্লি লোইদাম থাবুম লিশিং অমদগী। لَيْلَةُ الْقَدْرِ خَيْرٌ مِنْ أَلْفِ شَهْرٍ ﴿٤﴾

৫। মদুগী মনুংদা কুমথরকই স্বর্গ দুতশিং অমসুং 'রুহ' মখোইগী মপুগী ময়াথংনা—থবক খুদিংমক (শীল্লাঙনবা)। تَنَزَّلُ الْمَلَائِكَةُ وَالرُّوحُ فِيهَا بِإِذْنِ رَبِّهِمْ مِنْ كُلِّ أَمْرٍ ﴿٥﴾

৬। (অহিং অসি) মপুংফাবা শান্তিনি ইনুং শোরা তৈনা ঙান্দরিবা ফাওবা। سَلَامٌ هِيَ حَتَّىٰ مَطْلَعِ الْفَجْرِ ﴿٦﴾




সূরহ ৯৮ অল-বৈয়িনহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

لَمْ يَكُنِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَالْمُشْرِكِيْنَ مُنْفَكِّيْنَ حَتّٰى تَاْتِيَهُمُ الْبَيِّنَةُ ①

২। অচুম্বা থাজদবশিং (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংগী মরক্তগী অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিংগী (মরক্তগী) মখোইদু থাদোকপা ঙমখিদে নীংজিং-মাঙজিংনবা লাকখিদরিবা ফাওবা মখোইদা তশেংবা প্রমাণ,

رَسُوْلٌ مِّنَ اللّٰهِ يَتْلُوْا صُحُفًا مُّطَهَّرَةً ②

৩। ধর্ম্ম পাওতাকপা মী অমা অল্লাহগী মায়কৈদগী, থীথদুনা মখোইদা অশেংবা লাইরিকশিং (ফোংদোকপিখিবা রাপাওশিংগী),

فِيْهَا كُتُبٌ قَيِّمَةٌ ③

৪। মদুগী মনুংদা য়াওরি কুইনা চৎকদবা য়াথংশিং।

وَمَا تَفَرَّقَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ اِلَّا مِنْۢ بَعْدِ مَا جَآءَتْهُمُ الْبَيِّنَةُ ④

৫। অদুগা (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংনা কাওবু খায়দোকপা তৌখিরমদে (মখোইগী মরক্তা) তশেংবা প্রমাণ লাকখিদরিবা মতুং ফাওবা মখোইদা।

وَمَآ اُمِرُوْٓا اِلَّا لِيَعْبُدُوا اللّٰهَ مُخْلِصِيْنَ لَهُ الدِّيْنَ ۙ حُنَفَآءَ وَيُقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَيُؤْتُوا الزَّكٰوةَ وَذٰلِكَ دِيْنُ الْقَيِّمَةِ ⑤

৬। অদুগা মখোইবু য়াথংনবিখিদে নত্তনাঃ অল্লাহগী ভক্তি তৌ পুকচেন তিংনা মহাক্কী ময়াথং ইন্দুনা, ধর্ম্ম চুম্না চত্তুনা—অমসুং চাং নাইনা নমাজ তৌ অমসুং(চুম্না) পীয়ু 'জকাত': অমসুং মসিনি অচুম্বা ধর্ম্ম হায়রিবদু।

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَالْمُشْرِكِيْنَ فِيْ نَارِ جَهَنَّمَ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۗ اُولٰٓئِكَ هُمْ شَرُّ الْبَرِيَّةِ ⑥

৭। তশেংবমক, অচুম্বা থাজদবশিংদো, (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংগী মরক্তগী অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিংগী (মরক্তগী), (হুনজনবিগনি) নরক মৈকোমনুংদা, লৈগনি মদুগী মনুংদা (মতম কুইনা)। মখোইদু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবনি।

৮। তশেংবমক, অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং লৌবীনবা—মখোইদু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি।

إِنَّ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ أُولَٰئِكَ هُمْ خَيْرُ الْبَرِيَّةِ ۝٨

৯। মখোইগী মনা-মথিন্দি লৈ মখোইগী মপুগী মনাক্তা ঃ মতমপুম্বদা লেঙদ্রবা স্বর্গ লৈকোল্লি মদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, লৈরগনি মখোই মদুগী মনুংদা লোম্বা নাইদনা। অল্লাহনা পেনবিরে মখোইবু অমসুং মখোইনসু পেনজরে অল্লাহদা। মসি (শেম-শাদুনা থম্বিরি) অদুগুম্বা মীতাগী—মহাকনা কি হঙ্গোয়জরম্বা মহাক্কী মপুবু।

جَزَاؤُهُمْ عِندَ رَبِّهِمْ جَنَّاتُ عَدْنٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا أَبَدًا ۖ رَّضِيَ اللَّهُ عَنْهُمْ وَرَضُوا عَنْهُ ۚ ذَٰلِكَ لِمَنْ خَشِيَ رَبَّهُ ۝٩

## سُورَةُ الزَّلْزَالِ مَكِّيَّةٌ (٩٩)

অল-জিলজাল সূরহ ৯৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

إِذَا زُلْزِلَتِ الْأَرْضُ زِلْزَالَهَا ۝١

২। পৃথিবীনা (চেংখৈ য়াংকোক্লনা) থক-থক নীকলবা মতমদা,

وَأَخْرَجَتِ الْأَرْضُ أَثْقَالَهَا ۝٢

৩। অমসুং পৃথিবীনা পুথোরকলবদা মাগী পোৎলুমশিং,

وَقَالَ الْإِنسَانُ مَا لَهَا ۝٣

৪। অমসুং মীনা হায়গনি ঃ "মসি করি তৌরবগে ?"

يَوْمَئِذٍ تُحَدِّثُ أَخْبَارَهَا ۝٤

৫। কোরৌ নুমিৎ অদুদা মানা খঙহনগনি মাগী পাওজেন,

بِأَنَّ رَبَّكَ أَوْحَىٰ لَهَا ۝٥

৬। মরমদি নংগী মপুনা লাইতাক পীগনি মাগী মরমদা।

يَوْمَئِذٍ يَصْدُرُ النَّاسُ أَشْتَاتًا لِّيُرَوْا أَعْمَالَهُمْ ۝٦

৭। কোরৌ নুমিৎ অদুদা মীশিং (নীংবা মান্নবশিংগী মরূপ) লাক্কনি কাঙবু – কাঙবু খায়দোক্লুনা অদুনা মখোইবু উহনবিনবা (ফলশিং) মখোইগী থবকশিংগী।

| | |
|---|---|
| ৮। মতমদুদা কনাগুম্বনা তৌজখিবদু অফবা খুজিনমুক উগনি মদু, | فَمَنْ يَّعْمَلْ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ خَيْرًا يَّرَهٗ ۝٨ |
| ৯। অমসুং কনাগুম্বনা তৌজখিবদু ফত্তবা খুজিনমুক উগনি মদু। | وَمَنْ يَّعْمَلْ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ شَرًّا يَّرَهٗ ۝٩ |

# سُوْرَةُ الْعٰدِيٰتِ مَكِّيَّةٌ

(١٠٠) اٰيَاتُهَا ... رُكُوْعُهَا ...

সূরহ ১০০ অল-'আদিয়াত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

| | |
|---|---|
| ১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। | بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١ |
| ২। কসমনি লানশা শগোলনা খর-খর লাউনা সোর হোন্দুনা খুরুপ চেনবগী (লান্দা), | وَالْعٰدِيٰتِ ضَبْحًا ۝١ |
| ৩। মৈ ইলং-লংনা কাপথোকপগী (মখোইগী লোঙখুমশিংনা), | فَالْمُوْرِيٰتِ قَدْحًا ۝٢ |
| ৪। ইনুং ঙাল্লকপদা (লান খঙতা- তাবগী) থ্রী-থ্রী তকশনবগী, | فَالْمُغِيْرٰتِ صُبْحًا ۝٣ |
| ৫। (মখোইনা ফুজল্লকপদা) উফুল ফ্রং-ফ্রং হৌদুনা (লৈচিন নোংফাইগুম) পাইখৎপগী, | فَاَثَرْنَ بِهٖ نَقْعًا ۝٤ |
| ৬। য়েক্লবা (তেঙ্গোল)গী মরক্তা খুদক্তা পাইশনবগী (পুল্লপ ওইনা), | فَوَسَطْنَ بِهٖ جَمْعًا ۝٥ |
| ৭। তশেংবমক, মীনা তৌবিমল খঙদে মহাক্কী মপুদা ; | اِنَّ الْاِنْسَانَ لِرَبِّهٖ لَكَنُوْدٌ ۝٦ |
| ৮। অমসুং মহাক (মশানা তৌবা থবকশিংনা) তশেংবা সাক্ষীনি ; | وَاِنَّهٗ عَلٰى ذٰلِكَ لَشَهِيْدٌ ۝٧ |
| ৯। অমসুং তশেংবমক, লন-থুম পাম্বদা মহাক তমথী। | وَاِنَّهٗ لِحُبِّ الْخَيْرِ لَشَدِيْدٌ ۝٨ |
| ১০। খঙদব্রা মহাকনা কবর মনুংদা লৈবশিংদু হিংগৎহল্লবা মতমদা, | اَفَلَا يَعْلَمُ اِذَا بُعْثِرَ مَا فِى الْقُبُوْرِ ۝٩ |

১১। অমসুং (মীশিংগী) থবাক মনুংশিংদা (লোৎশন্দুনা লৈবদু) ফোংদোকপিরবদা,

وَحُصِّلَ مَا فِي الصُّدُورِ

১২। তশেংবমক, মখোইগী মপুনা, নুমিৎ অদুদা মুন্না খঙবিগনি মখোইগী মরমদা।

إِنَّ رَبَّهُم بِهِمْ يَوْمَئِذٍ لَّخَبِيرٌ

## سُورَةُ الْقَارِعَةِ مَكِّيَّةٌ

অল-কারিঅহ — সূরহ ১০১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

২। শাথীবা থৌদোক,

الْقَارِعَةُ

৩। শাথীবা থৌদোক হায়বদি করিনো ?

مَا الْقَارِعَةُ

৪। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু শাথীবা থৌদোক হায়বদি করিনো ?

وَمَا أَدْرَاكَ مَا الْقَارِعَةُ

৫। (মদু) নুমিৎ অমনি, (মদু ওইবা) মতমদা তাইবঙ মীওইবশিং চপমান্নগনি চাইথোকলবা মৈরাম্বীশিংগা,

يَوْمَ يَكُونُ النَّاسُ كَالْفَرَاشِ الْمَبْثُوثِ

৬। অমসুং চীং-মানশিং মানগনি তেরা মফোন (মালংবনা কোয়পাই-পাইহল্লবা)।

وَتَكُونُ الْجِبَالُ كَالْعِهْنِ الْمَنفُوشِ

৭। মরমদুনা, (অফবগী) পালা লুম্বা মীদু,

فَأَمَّا مَن ثَقُلَتْ مَوَازِينُهُ

৮। মহাক লৈগনি নুংঙাইবা পুন্সি।

فَهُوَ فِي عِيشَةٍ رَّاضِيَةٍ

৯। তৌইগুম্বসুং (অফবগী) পালা য়াংবা মীদি,

وَأَمَّا مَنْ خَفَّتْ مَوَازِينُهُ

১০। "ঙমখৈ লৈতনা অরুবা" নরকনা ওইবিগনি মহাক্কী অয়োকপা মমা।

فَأُمُّهُ هَاوِيَةٌ

১১। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু মদু করিনো ?

وَمَا أَدْرَاكَ مَا هِيَهْ

১২। (মদু) ভুং-ভুং চাকপা মৈকোমনি।

نَارٌ حَامِيَةٌ




সূরহ ১০২ অল- তকাসুর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلْهٰكُمُ التَّكَاثُرُ ①

২। (লন-থুম অমসুং মচা-মশু) হেনগৎনবা তান্নবদা, হাইদোকহনবিখ্রে নখোইবু (অল্লাহদগী),

حَتّٰى زُرْتُمُ الْمَقَابِرَ ②

৩। নখোইনা কুমদরিবা ফাওবা অমং য়াইথোং।

كَلَّا سَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ③

৪। মদু নত্তে, নখোই থুনা খঙলগনি (অচুম্বদু),

ثُمَّ كَلَّا سَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ④

৫। অমুকহন্না, মদু নত্তে, নখোই থুনা খঙলগনি (অচুম্বদু),

كَلَّا لَوْ تَعْلَمُوْنَ عِلْمَ الْيَقِيْنِ ⑤

৬। মদু নত্তে, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি (তুং-তাবা মহৈ মসিগী) পুমথা-থাজবা শ্তান্না,

لَتَرَوُنَّ الْجَحِيْمَ ⑥

৭। নখোই শোয়দনমক উরগনি যম লৈবাক (তাইবঙ পুন্সি অসিদা),

ثُمَّ لَتَرَوُنَّهَا عَيْنَ الْيَقِيْنِ ⑦

৮। (অং) নখোই শোয়দনমক উরগনি মদু পুমথা-থাজবগী মিৎয়েংনা (আখেরতদা),

ثُمَّ لَتُسْئَلُنَّ يَوْمَئِذٍ عَنِ النَّعِيْمِ ⑧

৯। অদুগী তুংদা নখোইবু ৱাহং হংবিগনি, নুমিৎ অদুদা, থৌজালশিং /পীখিবশি মরমদা (তাইবঙ পুন্সি-খোঙফমদা)।

سُوْرَةُ الْعَصْرِ مَكِّيَّةٌ (١٠٣)

অল-অসর সূরহ ১০৩

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি থুনা চৎখিবা মতমগী,

وَالْعَصْرِ ①

৩। থাঙ্গৈশেংবমক, মীদি ঈরাক্লরে অমাঙবদা,

اِنَّ الْاِنْسَانَ لَفِيْ خُسْرٍ ②

৪। নত্তনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবককশিং তৌবশিংদু, অমসুং অমগা অমগা তকশন্নবা অচুম্বা তৌসি হায়না, অমসুং অমগা অমগা তকশন্নবা অখাঙকনবা ওইসি হায়না।

اِلَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَتَوَاصَوْا بِالْحَقِّ ۙ وَتَوَاصَوْا بِالصَّبْرِ ③

سُوْرَةُ الْهُمَزَةِ مَكِّيَّةٌ (١٠٤)

সূরহ ১০৪ অল-হুমজহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। অরাবা (ফিবম)নি! মীবু থীনা ঙাঙনবা, তুংদা মীহুনবা খুদিংমক,

وَيْلٌ لِّكُلِّ هُمَزَةٍ لُّمَزَةِ ①

৩। মহাকনা খোমজল্লি লন-থুম অমসুং মশিং থিজল্লি মদু,

الَّذِيْ جَمَعَ مَالًا وَّعَدَّدَهٗ ②

৪। মহাকনা খল্লি মহাক্কী মরন-মথুমনা অমর ওইহনবিগনি মহাকপু (চাওখৎপদা অমসুং মিংচত্তা)।

يَحْسَبُ اَنَّ مَالَهٗۤ اَخْلَدَهٗ ③

৫। মদু নত্তে, মহাকপু শোয়দনমক হুনজনবিগনি মকুপ-মকুপ তানা শুগায়বগী অরাফমদা।

كَلَّا لَيُنْۢبَذَنَّ فِي الْحُطَمَةِ ④

৬। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু মকুপ মকুপ তানা শুগায়বগী অরাফম হায়বদি করিনো?

وَمَاۤ اَدْرٰىكَ مَا الْحُطَمَةُ ⑤

৭। (মদু) অল্লাহগী মৈরি থোক্লা হৌবা মৈকোন্নি, نَارُ اللّٰهِ الْمُوْقَدَةُ ۝

৮। মদু পাইখৎলি (চুমদ্রিং) থম্মোই তম্না। الَّتِيْ تَطَّلِعُ عَلَى الْاَفْـِٕدَةِ ۝

৯। মদু কোয়য়োম-য়োমশনবিগিনি মখোইগী মথক্তা, اِنَّهَا عَلَيْهِمْ مُّؤْصَدَةٌ ۝

১০। (হানজনবগুম্না) শাংনা তিংথোকলবা যুম্বী মখোঙশিংদা। فِيْ عَمَدٍ مُّمَدَّدَةٍ ۝

سُوْرَةُ الْفِيْلِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ১০৫ অল-ফীল

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝

২। নং উখিদব্রা নংগী মপুনা করম্না তৌবিখিবা শামুগী মরূপশিংবু? اَلَمْ تَرَ كَيْفَ فَعَلَ رَبُّكَ بِاَصْحٰبِ الْفِيْلِ ۝

৩। মহাকনা ফৈরেংনহনবিখিদব্রা মখোইগী লৌনম-চাওবা থৌশীন-থৌওং? اَلَمْ يَجْعَلْ كَيْدَهُمْ فِيْ تَضْلِيْلٍ ۝

৪। অদুগা মহাকনা থাবিখি মখোইগী মায়োক্তা উচেক শঙ্গু-শঙ্গু। وَّاَرْسَلَ عَلَيْهِمْ طَيْرًا اَبَابِيْلَ ۝

৫। (মখোইনা) হুন্থখি নুং মতুম-মতুম মখোইগী মথক্তা, تَرْمِيْهِمْ بِحِجَارَةٍ مِّنْ سِجِّيْلٍ ۝

৬। অমসুং ওইহনবিখি মখোইবু (ষণ-ঈরোইনা) চাদুনা মচেৎ মচেৎ তাহনখ্রবা চরূ চনাইগুম। فَجَعَلَهُمْ كَعَصْفٍ مَّاْكُوْلٍ ۝




অল-কুরৈশ সূরহ ১০৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কুরৈশশিংবু পুকচেল খোইজেন তিন্নহন্নবগী-দমক— لِاِيْلٰفِ قُرَيْشٍ ②

৩। (পুনশনবগী পুকচেল চেনহন্নবগীদমক) লংফৈ চৎহল্লি মখোইবু নিংথম থা কালেন থা নাইনা; اٖلٰفِهِمْ رِحْلَةَ الشِّتَآءِ وَالصَّيْفِ ③

৪। মরমদুনা মখোইনা ভক্তি তৌগদবনি (ক'অবহ) যুমজাওগী মপুগী, فَلْيَعْبُدُوْا رَبَّ هٰذَا الْبَيْتِ ④

৫। মহাকনা পিজে মখোইবু মপুক লাম্বা মতমদা অমসুং খুদোংথীবা লৈহন্দে অকি-অখং মতমদা। الَّذِيْٓ اَطْعَمَهُمْ مِّنْ جُوْعٍ ۙ وَّاٰمَنَهُمْ مِّنْ خَوْفٍ ⑤




সূরহ ১০৭ অল-মা'উন

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৮ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। নং উরব্রা মহাকদু—মহাকনা য়াদবা রায়েল বিচার (নুমিৎ)বু ? اَرَءَيْتَ الَّذِيْ يُكَذِّبُ بِالدِّيْنِ ②

৩। মহাক্তি ইথোকপি পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংবু, فَذٰلِكَ الَّذِيْ يَدُعُّ الْيَتِيْمَ ③

৪। অমসুং পুকনিং থৌগৎপিদে পিজ-পিথকপদা লাইর-চুখবশিংবু। وَلَا يَحُضُّ عَلٰى طَعَامِ الْمِسْكِيْنِ ④

৫। মরমদুনা অরাবনি! অদুগুম্বা নমাজ তৌবা মীশিংগী, فَوَيْلٌ لِّلْمُصَلِّيْنَ ⑤

৬। মখোই মপুকনিং চঙদে মখোইগী নমাজদা! الَّذِيْنَ هُمْ عَنْ صَلَاتِهِمْ سَاهُوْنَ ⑥

৭। মখোইনা পামই (মীশিংবু) উহনবা, الَّذِيْنَ هُمْ يُرَآءُوْنَ⁶

৮। অমসুং য়াদে (পীয়ু হায়বা) য়ুমলোম্নবগী দরকার ওইবশিং ফাওবা। وَيَمْنَعُوْنَ الْمَاعُوْنَ⁷

سُوْرَةُ الْكَوْثَرِ مَكِّيَّةٌ (١٠٨)

সূরহ ১০৮ অল-কৌসর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। তশেংবমক, ঐখোইনা পীখ্রবনি নংঙোন্দা মরাং কায়না (অফবা), اِنَّآ اَعْطَيْنٰكَ الْكَوْثَرَ ②

৩। মরমদুনা খুরুম খাজংও নংগী মপুবু অমসুং কৎলু কুরবানী (বলিদান)। فَصَلِّ لِرَبِّكَ وَانْحَرْ ③

৪। তশেংবমক, নংগী য়েক্লবশিংগী চারোন-শুরোন ককখ্রবনি। اِنَّ شَانِئَكَ هُوَ الْاَبْتَرُ ④

سُوْرَةُ الْكٰفِرُوْنَ مَكِّيَّةٌ (١٠٩)

অল-কাফিরুন সূরহ ১০৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। হায়য়ু ঃ হে লমফৈ-খোঙফম্নবশিং ! قُلْ يٰۤاَيُّهَا الْكٰفِرُوْنَ ②

৩। ঐন। পুজা তৌদে নখোইনা পুজা তৌরিবদু, لَآ اَعْبُدُ مَا تَعْبُدُوْنَ ③

৪। নত্রগা নখোইনা পুজা তৌদে ঐনা পুজা তৌরিবদু। وَلَآ اَنْتُمْ عٰبِدُوْنَ مَآ اَعْبُدُ ④

وَلَآ اَنَا عَابِدٌ مَّا عَبَدْتُّمْ ۝٤

৫। অদুগা ঐনা পুজা তৌরোই নখোইনা পুজা তৌরিবদু:

وَلَآ اَنْتُمْ عٰبِدُوْنَ مَآ اَعْبُدُ ۝٥

৬। নত্তগা নখোইনা পুজা তৌরোই ঐনা পুজা তৌরিবদু।

لَكُمْ دِيْنُكُمْ وَلِيَ دِيْنِ ۝٦

৭। মরমদি নখোইনা চৎলি নখোইগী ধর্ম্ম অমসুং ঐনা চৎলি ঐগী ধর্ম্ম।

## سُوْرَةُ النَّصْرِ مَدَنِيَّةٌ (١١٠)

সূরহ ১১০ অল-নসর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اِذَا جَآءَ نَصْرُ اللّٰهِ وَالْفَتْحُ ۝١

২। অল্লাহগী মতেং অমসুং জয় লাকলবা মতমদা,

وَرَاَيْتَ النَّاسَ يَدْخُلُوْنَ فِيْ دِيْنِ اللّٰهِ اَفْوَاجًا ۝٢

৩। অমসুং নংনা উই মীশিংনা চঙলকপা অল্লাহগী ধর্ম্মদা পুল্লপ-পুল্লপ,

فَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ وَاسْتَغْفِرْهُ ۚ اِنَّهٗ كَانَ تَوَّابًا ۝٣

৪। মরমদুনা ঈকাইখুম্ননা লাইশোল শোল্লু নংগী মপুবু থাগত্তুনা, অমসুং হঙ্গৎচৌ মহাকনা ঙাকপিনবা। তশেংবমক মহাক্তি হন্না হন্না চানবিহৈবনি।




সূরহ ১১১ অল-লহব

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। — بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। তেকলসনু মখুৎ অনিমক অবী লহবকী অমসুং শিরসনু মহাক! — تَبَّتْ يَدَآ اَبِيْ لَهَبٍ وَّتَبَّ ②

৩। মহাক্কী মরন-মথুম অমসুং মহাকনা কমায়বনা কান্নবা করিসু পীররোই মহাকপু। — مَآ اَغْنٰى عَنْهُ مَالُهٗ وَمَا كَسَبَ ③

৪। থুনা মহাকপু থাদোকপিরগনি মৈরি থোক্লা চাকপা মৈদা; — سَيَصْلٰى نَارًا ذَاتَ لَهَبٍ ④

৫। অমসুং মহাক্কী নুপী শীং কোকথোং পুবী, — وَّامْرَاَتُهٗ ؕ حَمَّالَةَ الْحَطَبِ ⑤

৬। মঙকশম অকোয়বদা থাংগনি থৌরী খজুর মশিংনা তাশন্দুনা শেম্বা। — فِيْ جِيْدِهَا حَبْلٌ مِّنْ مَّسَدٍ ⑥




অল-ইখলাস সূরহ ১১২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। — بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। হায়য়ু ঃ মহাক অল্লাহনি, একা মথন্তনি; — قُلْ هُوَ اللّٰهُ اَحَدٌ ②

৩। অল্লাহদি মনীং তম্বনি অমসুং হায়জফমনি পুম্নমক্কী। — اَللّٰهُ الصَّمَدُ ③

৪। মহাকনা পোক্তে কনামতা নত্রগা মহাকপু পোক্তে কনানসু; — لَمْ يَلِدْ ۙ وَلَمْ يُوْلَدْ ④

৫। অমসুং মহাক্কা মান্নবা কনাসু লৈতে। — وَلَمْ يَكُنْ لَّهٗ كُفُوًا اَحَدٌ ⑤

## سُوْرَةُ الْفَلَقِ مَدَنِيَّةٌ (١١٣)

অল-ফলক (হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি) সূরহ ১১৩

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قُلْ اَعُوْذُ بِرَبِّ الْفَلَقِ ②

২। হায়যু ঃ ঐনা হঙ্গৎচরি ঙাকপিনবা নোংঙাল্লকপগী মপুদা,

مِنْ شَرِّ مَا خَلَقَ ③

৩। ফত্তবা (পুম্নমক্ত)গী মহাকনা শেমবিখিবা,

وَمِنْ شَرِّ غَاسِقٍ اِذَا وَقَبَ ④

৪। অমসুং ফত্তবা (পুম্নমক্ত)গী অহিংগী মদুনা ইকুপ-কুপশল্লকপদা,

وَمِنْ شَرِّ النَّفّٰثٰتِ فِى الْعُقَدِ ⑤

৫। অমসুং ফত্তবা (পুম্নমক)দগী কিশি কিরগা ফু কাম্বীশিংগী,

وَمِنْ شَرِّ حَاسِدٍ اِذَا حَسَدَ ⑥

৬। অমসুং ফত্তবা (পুম্নমক)দগী কল্লক-খম্বলবগী মহাকনা কল্লক-খম্বল্লকপা মতমদা।

## سُوْرَةُ النَّاسِ مَدَنِيَّةٌ (١١٤)

সূরহ ১১৪ (হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭ নি) অল-নাস

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قُلْ اَعُوْذُ بِرَبِّ النَّاسِ ②

২। হায়যু ঃ ঐনা হঙ্গৎচরি ঙাকপিনবা মপুদা মীওইবা জাতিগী,

مَلِكِ النَّاسِ ③

৩। নিংথৌদা মীওইবা জাতিগী,

اِلٰهِ النَّاسِ ④

৪। চীঙু লাইদা মীওইবা জাতিগী,

مِنْ شَرِّ الْوَسْوَاسِ ۙ الْخَنَّاسِ ⑤

৫। ফত্তবদগী পুকচেন পিকপা মুরুম-মুরুম শোলবা মীগী,

الَّذِىْ يُوَسْوِسُ فِىْ صُدُوْرِ النَّاسِ ⑥

৬। মহাকনা মুরুম-মুরুম শোনজল্লি (পুকথিল-পাওথিল ল্লা) মীশিংগী মথম্মোইনুংশিংদা,

مِنَ الْجِنَّةِ وَالنَّاسِ ⑦

৭। (মহাকদু ওইসনু) জিনশিংদগী নত্তগা মীশিংদগী।

খঙগদবা ঃ অহানবা অঙ্ক মশিংদু মরী লৈনবা সূরহ উৎপনি অমসুং কোলোন মখাগী মশিংনা আয়াত নম্বর তাকপনি।

(অ)

থাজবশিংবু নোক্লবা মীশিংবু ২ঃ ১৬
— তাইবঙ মিৎশিংনা উবা ফংদে ৬ঃ ১০৪
— তেংবাংবি ধর্ম্ম কায়দবশিংবু ৩০ঃ ৪৮
— পাওখুম্বি হায়জ-নীজবশিংদা ২ঃ ১৮৭; ৪০ঃ ৬১
— পুম্নমকনা হায়বা ইল্লি মঙোন্দা ২ঃ ১১৭; ৩০ঃ ২৭.
— পোৎ পুম্নমক থোকহন্নবগী মরম ওই ৬ঃ ২
— পোৎ পুম্নমক তুং-কোইদবনি ৫৫ঃ ২৭
— পোৎলুম ওইদে আসমান অমসুং পৃথিবী ঙাক-শেনবদা ২ঃ ২৫৬
— ফজবা মমিংশিংনি ৭ঃ ১৮১; ১৭ঃ ১১১; ২০ঃ ৯; ৫৯ঃ ২৫
— ফরিশতহশিংবু তেংবাংহল্লি ধর্ম্মদা অখাংকনবশিংবু ৪১ঃ ৩১, ৩২
— মঙালনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী ২৪ঃ ৩৬
— মতমপুম্বদা লৈবনি ৫৫ঃ ২৮
— মপুনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী ১৯ঃ ৬৬; ২৬ঃ ২৫; ৩৭ঃ ৬; ৩৮ঃ ৬৭; ৪৪ঃ ৮
— মশরুক য়াম্নিবা কনাসু লৈতে ৬ঃ ১৬৪; ১৭ঃ ১১২; ২৫ঃ ৩
— মহাক অহিংবনি ২ঃ ২৫৬; ৩ঃ ৩; ২০ঃ ১১২; ২৫ঃ ৫৯; ৪০ঃ ৬৬
— মহাক্কীনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক ২ঃ ১১৭; ৪ঃ ১৭২
— মহাক তুমনীংদে নত্তগা তুমদে ২ঃ ২৫৬
— মহাক তৌবা ঙম্বনি তৌনীংবা পুম্নমক ২ঃ ২১; ২ঃ ১১০; ২ঃ ১৪৯
— মহাকনা পিজৈ, মহাকপুদি কনানসু পিজদে ৬ঃ ১৫; ২০ঃ ১৩৩; ৫১ঃ ৫৮
— মহাক মতুলৈতে, মচা নিপা লৈতে ৬ঃ ১০২; ১৭ঃ ১১২; ১৯ঃ ৩৬; ২৫ঃ ৩; ৭২ঃ ৪
— মহাক্কী মগুণশিং ৫৯ঃ ২৩-২৫
— মাঙ-তাকহন্দে শহর অমতা ৱারক্লবা মী হান্না থাবিদদুনা ১৭ঃ ১৬; ২৬ঃ ২০৯; ২৮ঃ ৬০
— লৈ মহাক্কী সিংহাসন ঈশিং মথক্তা ১১ঃ ৮
— লৈতে অপোকপা, মহাকনসু পোক্তে কনামতা ১১২ঃ ৪
— লোয়নবি অখাংকনবশিংগা ৮ঃ ৬৭
— ৱরলড পুম্নমক্কী মপুনি ১ঃ ২; ২৬ঃ ২৪; ২৬ঃ ১৯৩; ৫৬ঃ ৮১
— হোৎনৌ অখাংকনবগা লোয়নন্না ফংনবা অল্লাহগী মতেং ২ঃ ৪৬; ২ঃ ১৫৪; ৭ঃ ১২৯
— য়াবি পাপকী অনুতাপ অমসুং প্রার্থনা ৪২ঃ ২৬, ২৭
— য়াথংনবিদে লূদবা থবকশিং ৭ঃ ২৯

(১) অল্লাহগী কোকপিবা

— অরানবা তৌরুবা মতুংদা হায়জরবদি ফংগনি ৪ঃ ৬৫
— ঙাকপিনবগী হায়জবসি পাঙৈনি ফংনবগী চাওখৎপা অমসুং পাঙ্গল ১১ঃ ৪. ৫৩; ৭১ঃ ১১-১৩
— হায়জরিঙৈদা চৈরাক থাবিরোই ৮ঃ ৩৪

(২) অল্লাহগী ঙাকপিবা

— আশা তৌরোইদবনি কনামতনা ঙাকপিবা ফংলরোই হায়না ১২ঃ ৮৮; ১৫ঃ ৫৭; ৩৯ঃ ৫৪
— কোনশল্লি পোৎ পুম্নমক ৭ঃ ১৫৭; ৪০ঃ ৮

— খ্যাইদগী হেন্না ঙাকপিহৈবনি ১২ঃ ৬৫, ৯৩ ; ২১ ঃ ৮৪
— পাপীশিংনা ফংগনি ৩৯ ঃ ৫৪
— (অল্লাহ) মশামক্না দায় পুবিখ্রে ঙাকপি-কনবিনবগী ৬ ঃ ১৩, ৫৫
— মী পুম্নমক হরাওজে অল্লাহগী চানবিবা অমসুং কৃপাদা ১০ ঃ ৫৯
— মীবু শেম্বিখি ঙাকপিনবগীদমক্তা ১১ ঃ ১২০
— হায়জ-চৎচবা মীনা ফংগনি ঙাকপি-কনবিবা ৪ ঃ ৬৫, ১১১

(৩) অল্লাহগী থৌজালশিং

— থৌজালহৈবনি মীওইবশিংদা ১০ ঃ ৬১ ২৭ ঃ ৭৪ ; ৪০ ঃ ৬২
— মশিং থিঙমদে ১৪ ঃ ৩৫ ; ১৬ ঃ ১৯

(৪) অল্লাহগী নুংশিবা

— অখাংকনবশিংদা ৩ ঃ ১৪৭
— অচুম্বা তৌবশিংদা ৫ ঃ ৪৩ ; ৬০ ঃ ৯
— অফবা খানবশিংদা ২ ঃ ১৯৬ ; ৩ ঃ ১৩৫, ১৪৯ ; ২৯ ঃ ৭০
— (মঙোন্দা) আশা তৌবশিংদা ৩ ঃ ১৬০
— ধর্ম্ম কায়দবশিংদা ৩ ঃ ৭৭ ; ৯ ঃ ৪, ৭
—(মঙোন্দা) মপুকনিং হোংবশিং অমসুং মশা শেংনা লৈবশিংদা ২ ঃ ২২৩
— লান থেংনবশিংদা (মহাক্কী লম্বীদা) ৬১ ঃ ৪

(৫) অল্লাহবু নীংশিঙবদা

— চাওখৎপা ফংনঙাইনি ৮ ঃ ৪৬ ; ৬২ ঃ ১১
— থম্মোইদা অঙৈংবা ফংই ১৩ ঃ ২৯
— নীংশিঙঙু অল্লাহবু য়াম্না চাওখৎপা ফংনবা ৮ ঃ ৪৬ ; ৬২ ঃ ১১ ;

(৬) অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি

— অরোনবা রা তানবা ৫৮ ঃ ৮
— উদবা অমসুং উবা পুম্নমক ৬ ঃ ১০
— উনা কেনবা ফাওবা ৬ ঃ ৬০
— উফুল মরিক অমগা মান্নবা পোৎ ফাওবা ১০ ঃ ৬২
— কিয়ামতকী পুংফম অমসুং গর্ভগী ফিবম পুম্নমক ৪১ ঃ ৪৮
— কংফান অমসুং ঈশিংদা লৈরিবাপুম্বা ৬ ঃ ৬০
— মহাক্কী জ্ঞান শন্দোক্নুনা লৈ স্বর্গ অমসুং পৃথিবী মকোয়দা ২ ঃ ২৫৬
— পুকনিংগী অরোনবা অমসুং য়াম্না চেৎনা লোৎশনবা ২০ ঃ ৮
—মীগী পুকনিংনা খনবা ৫০ ঃ ১৭
— মীনা লোৎশনবা অমসুং ফোংদোকপা ৬ ঃ ৪

(৭) অল্লাহদি পুংঙম-ঙম্বনি

— অপাম্বা খুশী তৌবনি ২২ ঃ ১৫, ১৯ ; ৮৫ ঃ ১৭
— অরাবা করিসু লৈতে স্বর্গ অমসুং পৃথিবী ঙাক-শেনবদা ২ ঃ ২৫৬
— পুম্নমকনা প্রনাম তৌজে মহাকপু ৩ ঃ ৮৪ ; ১৩ ঃ ১৬ ; ১৬ ঃ ৫০, ৫৩ : ২২ ঃ ১৯
— রাংনা থাঙ্গৎলি স্বর্গবু মখোঙয়াওদনা ১৩ ঃ ৩
— হিংগৎহল্লি শিরমলবা পৃথিবীবু ৩০ ঃ ২০ ; ৪১ ঃ ৪০
— হিংহল্লি অমসুং শিহল্লি ১৫ ঃ ২৪ ; ৫০ ঃ ৪৪

(৮) অল্লাহনা ফোংদোকপি

— মহাক্কী অরোনবা রাশিং অখন্নবা রসুল অমদা ৭২ ঃ ২৭, ২৮
— মওং অহুমদা মনাইশিংদা ৪২ ঃ ৫২

— মশামক মতেংনা পাও পুবশিংগী
জাতি খুদিংদা ১০ ঃ ৪৮ ; ১৩ ঃ ৮ ; ১৬ ঃ ৩৭ ;
৩৫ ঃ ২৫

— লমথৈ-খোঙফম্নবশিংদসু
অচুম্বা মঙ ১২ ঃ ৩৭, ৪৪

— লাইতাক মহাক্কী মনাইশিংদা ৪ ঃ ১৬৪-১৬৬

— লাইতাক হয়িংখোইদা ১৬ ঃ ৬৯-৭০

(৯) অল্লাহগী মতিক মঙাল থাগৎপা

— অচুম্বা থাজবশিংবু য়াথংনবিরি থাগৎলু হায়না
মহাকপু ৩৩ ঃ ৪২, ৪৩

— উচেকশিং (-ধর্ম্ম চেনবা মীশিং)না অমসুং
চীংজাওশিং (লুচিংবশিং)না থাগৎচৈ মহাকপু
৩৮ ঃ ১৯, ২০

— উচেকশিং অমসুং চীংজাওশিংনা
লোয়নন্না দাউদকা থাগৎলি মহাকপু
২১ ঃ ৮০ ; ৩৪ ঃ ১১

— থাগৎলু মহাকপু তুম্বদগী হৌগৎলকপদা
অমসুং অহিংগী শরুক অমদা অমসুং
থরানমিচাক তাখিবদা ৫২ ঃ ৪৯, ৫০

— থাগৎলু মহাকপু অহিংদা মতম শাংনা ৭৬ ঃ ২৭

— নোং খোংবা অমসুং খাকপনা
থাগৎচৈ মহাকপু ১৩ ঃ ১৪

— পোৎ খুদিংমকনা থাগৎলি অল্লাহবু
১৭ ঃ ৪৫ ; ২৪ ঃ ৪২ ; ৫৯ ঃ ২ ;
৬২ ঃ ২

— ফরিশতহশিংনা থাগৎচৈ অমসুং
শক-শোল্লি মহাক্কী অশেংবা ২ ঃ ৩১ ; ৪০ ঃ ৮

(১০) অল্লাহগা মরূপনবা

— অচুম্বা থাজবশিংগী মরূপনি অল্লাহদি
২ ঃ ২৫৮ ; ৩ ঃ ৬৯

— অল্লাহনা ওকলে মরূপ অমা ওইনা ৪ ঃ ৪৬

— মহাক্তি ঙাক-শেনবিবা মরূপনি ৪২ ঃ ১০

— মহাক্তি মরূপনি ধর্ম্ম লৈবশিংগী ৪৫ ঃ ২০

(১১) অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবশিং পুথোকপা (শির্ক তৌবা)

— অল্লাহবু অতোপ্পগা শম্নহনবগীদমক
হিসাব লৌবিগনি ২৩ ঃ ১১৮

— অল্লাহ নত্তবা কনামতদা ভক্তি
কৎপা থিংলি ২ ঃ ৮৪ ; ৪ ঃ ৩৭ ; ১৭ ঃ ২৪ ;
৪১ ঃ ১৫

— অরানবা লাইশিংনা করিসু শেম-শাদে,
মখোইবুদুম শেম্বিখিবনি ১৬ ঃ ২১ .

— অরানবা লাইশিংবু, চপ্পুনা রা হংবিগনি
২১ ঃ ২৪

— অরানবা লাইশিং শিগ্রে ১৬ ঃ ২২

— নুংঙাইবা পুম্নমক অল্লাহতনাপী ১৬ ঃ ৫৪

— মরাল কোকপিরোই ৪ ঃ ৪৯ ; ৪ ঃ ১১৭

— মসি কান্নদবা থবকনি ২২ ঃ ৩২

— মসিনা কাং-খোং চাইহল্লমগনি
অমসুং মফম-মরাং খঙহল্লম্মোই ২১ ঃ ২৩ ;
২৩ ঃ ৯২

— মসি শাথীনা লাল্লি ৩১ ঃ ১৪

— মীশিংবু লান্না লমজিংবনি ৩৯ ঃ ৪

— মীশিংনা লৌই অতোপ্পা লাইশিংবু
মখোইগী ইজ্জৎ অমসুং পাঙ্গল ওইনবগী
১৯ ঃ ৮২

— লাইশিং লৈবদা মতিক চাদবা ১৩ ঃ ৩৩, ৩৪ ;
১৬ ঃ ৫৩-৫৫ ;
১৭ ঃ ৪৩, ৪৪

(১২) অল্লাহদি লৈশেম-নুংশেম্বনি

— অশেম্বা মপুনি পোৎপুম্নমক্কী ১৩ ঃ ১৭ ;
২৫ ঃ ৩ ; ৪০ ঃ ৬৩

— মহাক্কী মচানিপা অনি (কাবিল, হাবিল) ৫ ঃ ২৮
— মহাকনা ফংখি মহাক্কী মপুদগী প্রার্থনাগী রাহৈ খরা ২ ঃ ৩৮
— মখোইনা চাখি উপাস্বীদুগী মহৈ ৭ ঃ ২৩; ২০ ঃ ১২২
— মখোই মশা ঈকোক - কোকখি ৭ ঃ ২৩; ২০ ঃ ১২২
— মখোই মশা কুপশনখি উনাশিং হেক্রুনা ৭ ঃ ২৩; ২০ ঃ ১২২
— মখোইগী মরালগী নুংনাংবা ফোংদোকচখি ৭ ঃ ২৪
—মখোইগী মপুনা চানবিখি ২ ঃ ৩৮; ২০ ঃ ১২৩
— শেমখি মহাকপু লৈখোমদগী ৭ ঃ ১৩




ইসহাক

ঈদ



ঈমান (চুম্মি হায়না য়াবা, ধর্ম্মদা থাজবা)





ঈসা

## উ

উচেকশিং



## ঐ

ঐয়যুব



## ক

ক'অবহ

## কবি



## কারুন



## কিতাব (ধর্ম্ম শাস্ত্র)

জন্নত (কী অথোইবা শক্তম)



জন্নত (দা চঙগদবা মীশিং)



জহন্নম (নরক)

## জাতিশিং

জালুত



জিব্রীল



জিন

## জিহাদ (কন্না হোৎনবা অল্লাহগীদমক্তা)

অল্লাহগী মরমদা কন্না হোৎনদুনা ২২ ঃ ৭৯
কুরআনগী পাওজেন, কন্না হোৎনদুনা শন্দোকপা ২৫ ঃ ৫৩
তৌগদবা মথৌনি মুসলিমশিংগী মথক্তা ২ ঃ ২১৯ ; ৮ ঃ ৭৫ ; ৯ ঃ ১৯ ; ১৬ ঃ ১১১
ধর্ম্মগী লান তৌবা ২ ঃ ১৯১ ; ২২ ঃ ৪০
মুহম্মদনা কন্না হোৎনখি মায়োক্তা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী অমসুং মতাৎ হৈবশিংগী ৯ ঃ ৭৩ ; ৬৬ ঃ ১০
লন-থুম অমসুং থরাইশিং কৎথোক্কদবনি ৪ ঃ ৯৬ : ৯ ঃ ২০, ৮৮ ; ৪৯ ঃ ১৬ ; ৬১ ঃ ১২
লান্দা শহীদ ওইখিবা নত্ত্রগা লানঙম্বগী মনা লৈ ৪ ঃ ৭৫

## জুমু'অহগী নমাজ

কারবার তৌবা য়াই মমাংদা অমসুং মতুংদা ৬২ ঃ ১০, ১১
থুনা চঙশল্লু, অজান তৌরকপদা ৬২ ঃ ১০
সংসারদা লুপলবা মীশিংনা থাদোকই, লল্লোন-পোৎ নত্ত্রগা হরাও-কুম্মৈ, তাম্নবদা ৬২ ঃ ১২

## জুল কিফল (ইজেকীল)

অখাং কনবনি ২১ ঃ ৮৬
অচুম্বা শকপাম্নবনি ২১ ঃ ৮৭
পুমহেন-হেন্না ফবা মীনি ৩৮ ঃ ৪৯

## জুল নুন ঃ য়েংঙু য়ুনুসদা

## জুল করনৈন

পনবিরি ১৮ ঃ ৮৪
শাখি লৈপনগী লানবল ১৮ ঃ ৯৬, ৯৭
হৌজিক লৈতরে লৈপনদু ১৮ ঃ ৯৯
........ য়াজুজ মাজুজনা ঙমখিদে
তুবৎ ফাওদুনা চঙলকপা ১৮ ঃ ৯৮
য়ৌখি নুমিৎ তাফম নোংচুপ্তা অমসুং
নুমিৎ থোরকফম নোংপোক্তা অমসুং
চথখি চীং অনিগী মরক লম ফাওবা ১৮ ঃ ৮৭-৯৪

## জেরুসালেম

অরাপ্পা মসজিদ (মসজিদ অকসা)
লৈফমনি ১৭ ঃ ২
কিবলহনি য়িহুদীশিংগী ২ ঃ ১৪৬
........... মুসলিমশিংগী অহানবদা ২ ঃ ১৪৩, ১৪৪
................. হৌজিক ওইখ্রে ক'অবহদা ২ ঃ ১৪৫
মাঙ-তাকহনবিখি, অনিরক ইস্রাঈলশিংনা ফত্তরম লম্বীনবগী ১৭ ঃ ৫
.............., বাবিলোনরালাশিংনা ২ ঃ ২৬০ ; ১৭ ঃ ৬
.............., রোমানশিংনা ১৭ ঃ ৮
মুহম্মদ (কী আত্মা)না চৎখি মক্কহদগী, মহাক্কী অসরাদা ১৭ ঃ ২

## ত

## তাইফ

মুহম্মদপু থীনা তৌবিখি ৭২ ঃ ২৫
লমফৈ-খোঙফম্নশিংনা পামখি
কুরআন থাবিরকপা মক্কহ অমসুং তাইফকী
মরু ওইবা মীদা ৪৩ ঃ ৩২

## তাবুক (কী লানগী খোঙচত্তা)

তুংদা লৈহৌবশিং, উৎথোকপিরি ৯ ঃ ৪২-৫০, ৯৪
----------, ওইদে মুসলিমশিংগী ৯ ঃ ৫৬, ৮৩, ৯৪

তালুত



তুবব'অ



তৌবহ (পাপ হায়দোকচবা)



তৌরাত





থবকশিং (ইশিনবা কিতাব)

থবকশিং, অফবা

## থবকশিং, ফত্তবা



## থাজদবা (কুফর)

## থম্মোই



## থরাই

৪৭ ঃ ৩৫
হায় মখোই অমুক্তং শিগনি, মতুংদা
মখোইবু অমুক হিংগৎহনবিররোই ৬ ঃ ৩০; ৯ ঃ ৬৭; ২৩ ঃ ৩৮; ৩৬ ঃ ৭৯; ৪৪ ঃ ৩৬; ৪৫ ঃ ২৫
য়াররোই লমজিং, নবীন্না কৌরবসু মখোইবু ১৮ ঃ ৫৮



দাউদ

খলিফহনি অল্লাহগী ৩৮ ঃ ২৭
নবীনি অল্লাহগী ৬ ঃ ৮৫
পীখি কিতাব অমা ৪ ঃ ১৬৪ ; ১৭ ঃ ৫৬
------- থৌজাল মহাক্কী মথক্তা ৩৪ ঃ ১১
------ নিংথৌ লৈবাক ২ ঃ ২৫২
------ মহৈ-মশিং অমসুং জ্ঞান ২ ঃ ২৫২ ; ২১ ঃ ৮০ ; ২৭ ঃ ১৬
মখা পোনহনবিখি চীংজাওশিং
২১ ঃ ৮০ ; ৩৪ ঃ ১১ ; ৩৮ ঃ ১৯
------------ উচেকশিং (ধর্ম্ম লৈবশিং) ২১ ঃ ৮০ ; ৩৪ ঃ ১১ ; ৩৮ ঃ ২০
মপাঙ্গল কনখৎহনবিখি মহাক্কী নিংথৌ লৈবাক ৩৮ ঃ ২১
মহাক ফংখি অল্লাহগী মনাক নকপা অমসুং
খ্বাইদগী হেন্না ফবা চঙজফম ৩৮ ঃ ২৬
মহাকনা হঙ্গৎচখি অল্লাহদা কোকপিনবগী
মহাক্কী মঙম শোয়বা মিৎয়েং মথৌ পাংথোকপদা ৩৮ ঃ ২৫, ২৬
----- অমসুং সুলৈমান্না ব্রায়েল তৌবিখি
মহৈ-মরোংগী ব্রাথোক ২১ ঃ ৭৯, ৮০
সিরাপ তৌবিখি ইস্রাঈলশিংবু ৫ ঃ ৭৯
হাৎখি জালুতপু ২ ঃ ২৫২

য়েক্লবশিং চঙলকখি মহাক্কী কাদা ৩৮ ঃ ২২
য়োৎ কোন্থোক-কোনসিন য়াহনবিখি ৩৪ ঃ ১১
য়োৎকী হক্কন ফুরিৎ শাখি ২১ ঃ ৮১
দাববতুল অর্দ (পৃথিবীগী তীল নত্তগা তোল্লবা মীতা)
------- পুথোরক্কনি পৃথিবীদগী ২৭ ঃ ৮৩
সুলৈমানগী পায়ন্না-চৈশু চাথোকখি ৩৪ ঃ ১৫



ধর্ম্ম

অল্লাহনা য়াবা ধর্ম্মদি ইসলামনি ৩ ঃ ২০, ৮৪ ; ৫ ঃ ৪
------ ইসলাম নত্তবা ধর্ম্ম অমতা চৎপা য়ারোই ৩ ঃ ৮৬
------ মরমদি মসি মীগী মশাদা মরা তাবনি ৩০ ঃ ৩১
কা হেন্দোক্কনু ধর্ম্মদা ৪ ঃ ১৭২; ৫ ঃ ৭৮
জাতি খুদিংদা অল্লাহনা থাবিখি
নবী অমমম ১০ ঃ ৪৮ ; ১৫ ঃ ১১ ; ১৬ ঃ ৩৭, ৬৪ ; ৩৫ ঃ ২৫ ; ৪০ ঃ ৭৯
থরাই য়াওদবা তৌবা য়াদে ৬ ঃ ৭১
নমদুনা তৌহনবা য়াদে ধর্ম্মদা ২ ঃ ২৫৭
পা-পুশিংগী খোঙ্গুল, ইনখি
লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা ২ ঃ ১৭১ ; ৫ ঃ ১০৫ ; ১০ ঃ ৭৯ ; ২১ ঃ ৫৩, ৫৪ ; ২৬ ঃ ৭৫ ; ৩১ ঃ ২২ ; ৪৩ ঃ ২৪
ব্রাখল খনবা দরকারনি লৈশেম-
নুংশেমগী মথক্তা ৩ ঃ ১৯১ ; ৩০ ঃ ৯
--------- অমসুং নেচরগী মওং-মতৌদা ৫৬ ঃ ৫৮-৭৫ ; ৮৮ ঃ ১৮-২১
--------- অমসুং লৌশিংগী পাঙ্গল শীজিন্নগদবনি ২ ঃ ১৯, ৪৫, ১৭২ ; ৭ ঃ ১৮০ ; ৮ ঃ ২৩ ; ২৫ ঃ ৪৫ ; ৩০ ঃ ২১-২৮ ; ৩৪ ঃ ৪৭ ; ৩৮ ঃ ৩০ ; ৪৫ ঃ ৬ ; ৬৭ ঃ ১১ ; ৯০ ঃ ৯-১১

## নুপী

### (১) চাওরাকপা রা



### (২) লুহোংবা ঃ মরা অমসুং মতু

(৩) মুহর আনা (মঙ্গৎ)



(৪) সঙ্গ তৌবা (পাদোংনবা)



(৫) তলাক (নুপী খায়নবা)

লূনা চান্না তৌগদবনি খায়নবা মতমদা ২ ঃ ২৩০, ২৩২, ২৪২; ৩৩ ঃ ৫০; ৬৫ ঃ ৩
লৈফম পীয়ু খায়নরবা নুপীদা, ইদ্দতকী চৈনুংদা ৬৫ ঃ ৭
---------- চান-থক্কবা খরচ মতিকচানা পীয়ু ২ ঃ ২৩৭, ২৪২
---------- মীরোনবী ওইরবদি খরচ পীয়ু মাগী পোৎলুম থাদরিবা ফাওবা ৬৫ ঃ ৭

(৬) ইদ্দত (ঙাইবগী মতম মমাংদা অমুকহন্না লুহোংবগী)

— ঋতু বন্দ তৌখ্রবীনা থাবুম অহুম ৬৫ ঃ ৫
— ঋতু লাক্তরিবগী সু ------------ ৬৫ ঃ ৫
— চঙনা কায়নবা নুপী ---------- ২ ঃ ২২৯; ৬৫ ঃ ৫
— গর্ভ পুবীনা মাগী পোৎলুম থাদরিবা ফাওবা ৬৫ ঃ ৫, ৭
— মশা শোক্তরিঙৈদা খায়নরবদি ইদ্দত দরকার ওইদে ৩৩ ঃ ৫০
— মপুরোইবনা মিৎয়েং তাবিদ্রবা মতু থাবুম মরি ঙাইদুগলেগনি ২ ঃ ২২৭
— শিন্না কায়নবদা, লুখ্রাবীনা ইদ্দত ফমগনি থাবুম মরি নুমিৎ-রা ২ ঃ ২৩৫

(৭) খোম পিথকপগী মতম

খোম পিথকপী মমাশিং—
খায়নরবা ফাওবদা খোম
পিথক্কবনি মচাশিংবু ২ ঃ ২৩৪
খোম পিথকপা য়াই চহি অনি ২ ঃ ২৩৪
মমাগী খরচ মপানা পুগনি ২ ঃ ২৩৪; ৬৫ ঃ ৭, ৮
মমাগা য়ানরবদি, খোম ইনবী অমা
থম্বা য়াই—খরচ মপানা পুগনি ২ ঃ ২৩৪; ৬৫ ঃ ৮

(৮) নুপীদা চঙলোই হায়না রাশকপা (ইল্লা)

থাবুম মরি নুপীনা ঙাইদুনা লৈগনি —
মদুগী মতুংদা মখোই তাইশিন্নবা নত্ত্রগা কায়নবা য়াই ২ ঃ ২২৭, ২২৮

নুহ

অল্লাহগী ধর্ম্ম লৈবা মনাই অমনি ২১ ঃ ৭৬; ৩৭ ঃ ৮২
অল্লাহগী রসুলনি ৭ ঃ ৬২; ১১ ঃ ২৬
অল্লাহনা লমজিংবিখি ৬ ঃ ৮৫
— গী ইতিহাস ৭ ঃ ৬০-৬৫; ১০ ঃ ৭২-৭৪; ১১ ঃ ২৬ ঃ ৪৯; ২৩ ঃ ২৪-৩০; ২৬ ঃ ১০৬-১২৩; ৩৭ ঃ ৭৬-৮৩; ৫৪ ঃ ১০-১৭; ৭১ ঃ ২-২৯
-------------, চেকশনহন্নবগী পাওমেন্নি মুহম্মদকী মায়োক্নবশিংদা ১১ ঃ ৩৬; ১৪ ঃ ১০; ২৩ ঃ ৩১; ২৬ ঃ ১২২; ২৯ ঃ ১৬; ৫৪ ঃ ১৬; ৬৯ ঃ ১২, ১৩; ৭১ ঃ ২৫, ২৬
ইস্রাঈলশিং মচা-মশুশিংনি হীজাওদা নুহগা লোয়নন্না পুবিখিবা মখোইদুগী ১৭ ঃ ৪
— বু খনবিখি অল্লাহনা মহাক্কী মতমগী মীশিংগী মথক থোংনা ৩ ঃ ৩৪
— দা তাকপিখি হীজাও অমা শানবা ১১ ঃ ৩৮; ২৩ ঃ ২৮
— বু থাজখিদে মহাক্কী মীশিংনা ১৪ ঃ ১০; ২৬ ঃ ১১৮
— বু থাবিখি মহাক্কী মীশিংদা ৭ ঃ ৬০; ২৩ ঃ ২৪; ২৯ ঃ ১৫; ৭১ ঃ ২
— না নীজখি অল্লাহদা তেংবাংবিনবা মহাকপু ২৩ ঃ ২৭; ২৬ ঃ ১১৮, ১১৯; ৫৪ ঃ ১১
— গী নুপীদু অল্লাহনা কনবিখিদে ৬৬ ঃ ১১
— গী মীশিং ওইখি চুমদবা অমসুং লানহৌবা ৫৩ ঃ ৫৩

— গী — না ব্যবহার নাইখিদে অমসুং হায়খি
মহাক অঙাওবনি অমসুং মখোইনা লৌবি-তাবিদবনি ৫৪ ঃ ১১
— অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু পুবিখি হীজাওদা ১৭ ঃ ৪; ৬৯ ঃ ১২
----------, কনবিখি অচৌবা খুদোং থীবদগী ৭ ঃ ৬৫; ২১ ঃ ৭৭; ২৬ ঃ ১২০; ৩৭ ঃ ৭৭
— গী হায়বা ইন্দবা মীশিংবু ঈরাকশিন হনবিখি সমুদ্র ঈপাক্তা ২১ ঃ ৭৮; ২৫ ঃ ৩৮; ২৬ ঃ ১২১২; ৩৭ ঃ ৮৩; ৭১ ঃ ২৬; ২৯ ঃ ১৫
— গী মচা নিপা অমা য়াখিদে
হীজাওদা তোংখৎলু হায়বা ১১ ঃ ৪৩, ৪৪
----------মহাক য়াওখ্রে মরক্তা ঈরাক্লখিবাশিংগী ১১ ঃ ৪৪
য়ারিসে খুদম অমনি মীওইবা জাতিশিংগীদমক ২৯ ঃ ১৬; ৫৪ ঃ ১৬; ৬৯ ঃ ১৩
হীজাওদা হাপকৎখি মহাকনা দরকার
ওইবা পোৎশিং জোরা জোরা ১১ ঃ ৪১; ২৩ ঃ ২৮
------- তোংখৎপদা লাইশোল ২৩ ঃ ২৯
------- তোংলিঙৈগী চৈনুংদা — ১১ ঃ ৪২
-------- দগী কুমথবা মতমদা — ২৩ ঃ ৩০

নোং

অল্লাহনা মংহল্লি ১৩ ঃ ১৩
জম জম তাহল্লি অমসুং থাদৈ লেন ২৪ ঃ ৪৪
তাহল্লি নোংদোনথক্তগী অরেম্পা চাংদা
অমসুং তুংহল্লি মদু লৈবাক্তা অমসুং মদুগী
মতেংনা থোকহল্লি হৈকোনশিং ২৩ ঃ ১৯, ২০
---------অমসুং থোকহল্লি ঈশিং খোংশিং ১৩ ঃ ১৮
----------অমসুং হৌহল্লি হৈকোনশিং অমসুং পাম্বী মখল খুদিং ২ ঃ ২৩; ২৭ ঃ ৬১; ৩১ ঃ ১১; ৫০ ঃ ৮

থাদবি কোরৌ নোংমদোন্দগী অমসুং মদুগী মতেংনা হিংগৎহল্লি শিরমলবা পৃথিবী ২ ঃ ১৬৫; ১৬ ঃ ৬৬; ৩৫ ঃ ১০; ৪৫ ঃ ৬



পান্দমশিং

অফবা উপাম্বী ১৪ ঃ ২৫, ২৬
ইফন্দা ফনবা ইনাক খুনবা অমসুং অতোনবা লাইরবা ১৮ ঃ ৩৩-৪৫
ঈশিং ঈচেলনা থোকহল্লি কামখৎলবা কোঙ্গোল ১৩ ঃ ১৮
কনাগুম্বা অমনা মৈ হৌবদা, অকোয়বদা
লৈবা লোয়নমক ইঙাল-ঙাল্লি — মদু
লৌথোকখিবদা মখোই করিসু উখিদ্রে ২ ঃ ১৮
কনাগুম্বনা থৈজিল্লবদি শরুক য়ামিন্নবা
অমা অল্লাহদা ২২ ঃ ৩২
কান্নদবা তাইবঙ পুন্সি ১৮ ঃ ৪৬
খুদোংথীবা লৈরমদবা অমসুং ঈংনা চিক্লা
পাল্লম্বা শহর অদুনা য়াখিদবা অল্লাহগী থৌজালশিং ১৬ ঃ ১১৩
গতি লৈতবা মতৌ মখোইনা কৌজরিবা
অল্লাহ নত্তবা লাইশিংগী২৯ঃ ৭৪
গাধানা কিতাব নম্বো পুবা ৬২ ঃ ৬
চেকলা উচেকশিং পাইরক্কনি কৌবদা ২ ঃ ২৬১
নোং ঈশিং অমসুং যুগনি নোংথাং ২ ঃ ২০, ২১
ফত্তবা উপাম্বী ১৪ ঃ ২৭
মঙাল আসমান অমসুং পৃথিবীগী ২৪ ঃ ৩৬
মপু অমসুং মনাই পুন্না মপু ওইমিন্নবা য়াদে ৩০ ঃ২৯
মপু ময়াম লৈবা মীনাই ৩৯ ঃ ৩০
মরূ হুনবা চীংলুকোক অমদা ২ ঃ ২৬৫
মহৈ-মরোং মরূ অমনা মকা
তরেৎ লোংবা পাম্বী হৌই ২ ঃ ২৬২
মায়া মরিচিকাগুম্বা মরুভূমিদা ২৪ ঃ ৪০
মিনা মহুম পোঙ্লেন শাবা ২৯ ঃ ৪২

## পাপ






## ফত্তবা



বদর (গী লান)



বনী অমীন



বেদুইন

মী

মুনাফিক (মতাৎ তৌবা মী)শিং



মুসা

ল

লমল খুম্বা (কিসাস)



লান

লুকমান



লুত(পৈগম্বর)



লৈলতুল কদর



রাশকপা (অল্লাহ পন্দুনা)



রায়েল বিচার নুমিৎ




শফাঅত (অমগীদমক হায়বিবা, ব্রানোম্বীবা)



শুঐব (পৈগম্বর)



শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা

## ষ



## স

## সামিরী

মূর্তি অমা যগনাওগী শাখি
পুজা তৌনবা, মুসানা চীংদা
চৎখরিঙৈদা ২০ ঃ ৮৯
মুসানা ৱা হংবিখি
মহাক্কী শাজৎকী মরমদা ২০ ঃ ৯৬
লম্বী লান্না চিংবিখি
ইস্রাঈলশিংবু ২০ ঃ ৮৬
লমফে-খোঙফম্নখ্রে মহাক ২০ ঃ ৯৭
ৱায়েল-চৈরাক পীখ্রে মহাকপু—
মপুন্সি চুম্পা লোলহনবিদুনা উনবা
মী খুদিংদা "শোকপিগনু ঐবু" ২০ ঃ ৯৮

## সালিহ (নবী)

থাবিখি, অসহাবুল হিজরগী মীশিংদা ১৫ ঃ ৮১
-------,সমুদ্র কাঙলুপ্তা ৭ ঃ ৭৪; ১১ ঃ ৬২; ২৬ ঃ ১৪৩, ১৪৪; ২৭ ঃ ৪৬
পাওতাকপিখি মহাক্কী মীশিংবু
হায়জ-চৎচনবা অল্লাহদা য়োনজ-
কোকপিনবা লংজ-ঙাকপিনবা ১১ ঃ ৬২
পীখি উট অমোম অমা মখোইদা,
খুদম ওইনা ৭ ঃ ৭৪; ১১ ঃ ৬৫; ২৬ ঃ ১৫৬; ৫৪ ঃ ২৮
মখোঙ তেকহনবিখি মফৈগল কক্কুনা
মদু, মখোইনা কা হেনমনখিবনা ৭ ঃ ৭৮; ১১ ঃ ৬৬; ২৬ ঃ ১৫৮; ৫৪ ঃ ৩০; ৯১ ঃ ১৫
মরাল শীবিখি মখোইনা, মহাক ঠোক তৌবিখ্রবনি ২৬ ঃ ১৫৪
ৱায়েল-চৈরাক পীখি, মখোইনা কা
হেন্দোকপগী ৭ ঃ ৭৯; ১১ ঃ ৬৮; ১৫ ঃ ৮৪; ২৬ ঃ ১৫৯; ৫৪ ঃ ৩২; ৬৯ ঃ ৬
শাখি য়ুমশিং মখোইনা, চীং কক্কুনা ৭ ঃ ৭৫; ১৫ ঃ ৮৩; ২৬ ঃ ১৫০
য়াখিদে সমুদশিংনা, অল্লাহগী
রসুলশিংবু ১১ ঃ ৬৩; ২৬ ঃ ১৪২; ৫৪ ঃ ২৪
য়াথংনবিখি মহাক্কী মীশিংবু,
অল্লাহগী ভক্তি তৌনবা ৭ ঃ ৭৪; ১১ ঃ ৬২; ২৭ ঃ ৪৬

## সুলৈমান

উচেকশিং শীজন্নদুনা পাও-নুং থাবগী
মহৈ তম্বিখি ২৭ ঃ ১৭
নুংশিৎ, মখা পোনহনবিখি মহাক্কী ২১ ঃ ৮২; ৩৪ ঃ ১৩; ৩৮ ঃ ১৭
পীখি মঙোন্দা, কোরিগী খোং অমা ৩৪ ঃ ১৩
-------,পোৎ পুম্নমক মহাকনা দরকার ওইবা ২৭ ঃ ১৭
-------,মহৈ-মশিং অমসুং জ্ঞান অল্লাহনা ২১ ঃ ৮০
মহাক ওইখিদে অচুম্বা থাজদবা ২ ঃ ১০৩
------ ওইখি য়াম্না ফবা মনাই
অমা অল্লাহগী ৩৮ ঃ ৩১
লল্লোন-ঈতিক চাওখৎখি
মহাকনা পাল্লিঙৈদা ২১ ঃ ৮২
লাক্ক-ফানা ৱারবা চীংবুরোই (জিন)
খরা, মখা পোনহনবিখি মহাক্কী ২১ ঃ ৮৩; ৩৪ ঃ ১৩, ১৪
লান্মী তেঙ্গোল, ডিভিজন খায়দোক্কুনা
থরম্মী ২৭ ঃ ১৮
ৱারিসনি দাউদকী ২৭ ঃ ১৭
শগোল-লান্মী, ফজবা মশীন
শীল্লম্মী ২৭ ঃ ১৮, ২১; ৩৮ ঃ ৩২-৩৪
শাখি য়ুমজাওশিং, মূর্তিশিং, অচৌবা
পুখমশিং অমসুং খাংজাওশিং খুদেংগুম্বা—
জিনশিংনা ৩৪ ঃ ১৪

মওং অহমদা খঙহল্লি ৪২ ঃ ৫২
লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা পামখি
চুমদ্রিং থাবিরকপা মখোইদা ২ ঃ ১১৯ ; ৭৪ ঃ ৫২
লোয়নমকনা খঙ-উরবনি ৪ ঃ ১৬৫ ; ১০ ঃ ৪৮ ; ৩৫ ঃ ২৫ ; ৪০ ঃ ৭৯
রাখল ইচঙ থৌহল্লি ১৬ ঃ ৪৫
-------,ফরিশতহশিংদা ৮ ঃ ১৩
-------,মরয়মদা ৩ ঃ ৪৩, ৪৪, ৪৬-৫২ ; ১৯ ঃ ১৮-২২, ২৫-২৭
-------,মুসাগী মমাদা ২০ ঃ ৩৯ ; ২৮ ঃ ৮
-------,মুহম্মদকী কোমরেডশিংদা ৫৮ ঃ ২৩
-------,রসুলশিংদা ১২ ঃ ১১০ ; ১৬ ঃ ৪৪ ; ২১ ঃ ৮
মওং অহমদা খঙহল্লি ৪২ ঃ ৫২
লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা পামখি
চুমদ্রিং থাবিরকপা মখোইদা ২ ঃ ১১৯ ; ৭৪ ঃ ৫২
লোয়নমকনা খঙ-উরবনি ৪ ঃ ১৬৫ ; ১০ ঃ ৪৮ ; ৩৫ ঃ ২৫ ; ৪০ ঃ ৭৯
রাখল ইচঙ থৌহল্লি ১৬ ঃ ৪৫

## হ

### হামান

অরানবা লম্বীনবনি ২৮ ঃ ৯ ;
ওইখি ফিরঔনগী মিনিষ্টর,
পবলিক রর্কস ডিপার্টমেন্টকী ২৮ ঃ ৩৯ ; ৪০ ঃ ৩৭
কিনঙাই ওইখি, ওৎ-নৈবিথ্রবা
ইস্রাঈলশিং লাল হৌরক্কদ্রা
হায়বগী মখোইগী মায়োক্তা ২৮ ঃ ৭
ফিরঔন্না হায়বিখি মহাকপু,
অরাংবা লানবল অমা শাগৎনবা,
থেংননবগী অল্লাহগা ২৮ ঃ ৩৯ ; ৪০ ঃ ৩৭
মাঙহনবিখি মহাকপু অল্লাহনা ২৯ ঃ ৪০
হায়খি মহাক অমসুং মহাক্কী তিল্লবশিংনা,
মুসাদু জাদুগরনি অমসুং মীনমজাওবনি ৪০ ঃ ২৫

### হারুন

তেংবাংখি মুসাবু, মহাক্কী মিশন্দা ২০ ঃ ৩০, ৩১, ৩৭ ; ২৫ ঃ ৩৬, ৩৭ ; ২৮ ঃ ৩৫, ৩৬
নবীনি অল্লাহগী ৪ ঃ ১৬৪ ; ৬ ঃ ৮৫ ; ১০ ঃ ৭৬ ; ১৯ ঃ ৫৪ ; ২০ ঃ ৪৩, ৪৪ ; ২১ ঃ ৪৯ ; ২৩ ঃ ৪৬
মহাকনা শাখিদে ষণনাওগী মূর্তি ৭ ঃ ১৪৯, ১৫১ ; ২০ ঃ ৮৮-৯০
লমজিংবিখি ইস্রাঈলশিংবু,
মুসানা চীংদা চৎখিবদা ৭ ঃ ১৪৩ ; ২০ ঃ ৯১-৯৪
হায়জখি মুসাদা, ঙাকপিনবা ৭ ঃ ১৫১
-----মুসানা, অল্লাহনা ঙাকপিনবা
মচিন মনাও অনিবু ৭ ঃ ১৫২

### হিজরত (চৎথোকখিবা)

অবু বকরনা থৌগালখি মুহম্মদপু ৯ ঃ ৪০
কোমনুংদা থুপখি, মখোই অনিমক ৯ ঃ ৪০
চৈরাক থাবিরোই মক্কহবাসীশিংবু,
নবী করীমনা লৈরিবা ফাওবা মখোইগী মরক্তা,
মখোইনা তাহোকপিখিবগী মহাকপু ৮ ঃ ৩৪ ; ১০ ঃ ২০ ; ২০ ঃ ১৩০
তুংদা থোরক্কদবা রা হায়বা মুহম্মদকী
মরমদা ১৭ ঃ ৮১ ; ২৫ ঃ ৫৫ ; ৪৩ ঃ ৯০
মনা-মথিন রাশকপিরি মখোইদা ২ ঃ ২১৯ ; ৩ ঃ ১৯৬ ; ৮ ঃ ৭৫ ; ৯ ঃ ২২ ; ১৬ ঃ ৪২ ; ২২ ঃ ৫৯, ৬০ ; ২৫ ঃ ৭৬, ৭৭
রাশকপিরি অল্লাহনা, পুবিরক্কনি নবী করীমবু
অমুকহন্না মক্কহদা ২৮ ঃ ৮৬

### হোলি লেন্ড (লমলেন অশেংবা)

------দা চঙশল্লু হায়না মুসানা

তাকপিখি মহাক্কী মীশিংবু ৫ ঃ ২২
ইস্রাঈলশিংনা কিগনবা
ওইদুনা য়াখিদে ৫ ঃ ২৫
থিংবিখি মখোইবু অল্লাহনা
চহি ৪০ চুপ্পা — পঙকোয়
কোয়হনবিখি মখোইবু লৈঙোইলমদা ৫ ঃ ২৭
ৱাশকপিখ্রে ইস্রাঈলশিংদা,
মখোইনা চপচানা ইল্লবদি ধর্ম্ম-নীতি ৫ ঃ ১৩
শেম্বিখ্রে লৈঙাকপা মখোইবু,
লমদম অদুগী ৭ ঃ ১৩৮
হৌখ্রে য়ুমলেপ্পা মখোইনা ১৭ ঃ ৭, ১০৫
-----তৌইগুম্বসুং কায়থংদা
স্বত্ব ফংগনি মুসলিমশিংনা ২১ ঃ ১০৬

হুদ (পৈগম্বর)

থাবিখি আদ কাঙলুপ্তা ৭ ঃ ৬৬ ; ১১ ঃ ৫১
মচিন মনাওনি আদীশিংগী ৭ ঃ ৬৬; ১১ ঃ ৫১; ৪৬ ঃ ২২
মহাকনা হায়বিখি ঃ ভক্তি কৎলু
অল্লাহদা ৭ ঃ ৬৬ ; ১১ ঃ ৫১ ; ৪৬ ঃ ২২
মীশিংনা হায়খি ঃ মহাক মীনমজাওবনি ৭ ঃ ৬৭
--------থারকও হায়খি মহাকনা ধমকা
তৌখিবা ৱায়েল-চৈরাকদু মখোইগী মথক্তা ৭ ঃ ৭১ ; ৪৬ ঃ ২৩
ৱায়েল-চৈরাক্তগী কনবিখি অল্লাহনা,
মহাক অমসুং মহাকপু য়াখিবশিংবু ২৬ ঃ ১৪০
য়াখিদে আদীশিংনা রসুলশিংবু ১১ ঃ ৬০; ২৬ ঃ ১২৪

হুদাইবিয়হগী সন্ধি

অফোংবদা ঈমাইখুম্নবগী মশক
ওইদ্রবসু—তুংদদি ওইখি য়াম্না ফবা জয় ৪৮ ঃ ১
করারশিং, নিংথীজনা ইনখি মুহম্মদনা ৬০ ঃ ১১
থাবিরকখি অঈংবা ঈমান্দারশিংগী মথক্মোইশিংদা ৪৮ ঃ ৫
পেনবিখি অল্লাহনা, ঈমান্দারশিংবু
অমসুং পীবিখি নকশল্লবা জয় অমা ৪৮ ঃ ১৯
ফংখি অচৌবা মতেং অল্লাহদগী ৪৮ ঃ ৪
-----জয়, মথক্তা অচুম্বা থাজদবশিংগী ৪৮ ঃ ২৫
বৈ'ত তৌখি মুসলিমশিংনা,
থাজবা য়াবগী, নবী করীমদা
উপাম্বী অমগী মখাদা ৪৮ ঃ ১১



য়হয়া (পৈগম্বর)

পোক্কনি হায়বা পাও পীখি, জকরিয়হদা ৩ ঃ ৪০; ১৯ ঃ ৮ ; ২১ ঃ ৯১
-----মমিং থোনখি অল্লাহ মশামক্তা ৩ ঃ ৪০; ১৯ ঃ ৮
ফংখি কিতাব অমসুং লৌশিং অঙাং ওইরিঙৈদা ১৯ ঃ ১৩
লমচৎ, ফিদম্নঙাইনি ১৯ ঃ ১৪
শাজৎ, ফজখি মপা মমাদা ১৯ ঃ ১৫
সাক্ষী পীদুনা প্রমাণ তৌখি
ৱাহৈ অমা অচুম্বনি হায়না অল্লাহদগী ৩ ঃ ৪০
য়াইফখোল লৈখি — মহাক পোকখিবা
অমসুং শিখিবা নুমিত্তা অমসুং য়াইফখোল
লৈগনি মহাক শিবদগী অমুক হিংগৎকদবা
নুমিত্তসু ১৯ ঃ ১৬

য়াকুব (পৈগম্বর)

ইব্রাহীমগী নুপীদা হরাওবা পাও
পীখি মহাক পোকপগী ১১ ঃ ৭২
নবীনি অল্লাহগী ২ ঃ ১৩৭; ৩ ঃ ৮৫; ৪ ঃ ১৬৪

## য়ুহার হাবা

Available at

1. **NAZIR NASHR-O-ESHAAT**
   Sadar Anjuman Ahmadiyya
   Qadian, Pin. 143516 (INDIA)

2. **AHMADIYYA MUSLIM MISSION**
   205, New Park Street
   Calcutta-700 017

3. **AHMAD HASAN**
   Vill. Khergao
   B. P.O. Khetrigao
   (IMPHAL EAST) Pin. 795001